# ꯂꯥꯡꯂꯦꯟ ꯊꯥꯗꯣꯢ

# লাংলেন থাদোই

কে. সি. ফিল্মনা পুথোকপা

মণিপুরী লোলগী অহানবা মচু শজনবা

এম. এম. ৩৫ গী ফিল্ম

প্রমোদিনী

কে. পি. ফিল্মগী খুদোল

# লাংলেন থাদোই

মণিপুরী লোন্দা অহানবা ফোঙবা মচু শঙলবা

এম. এম. ৩৫ গী ফিল্ম

প্রমোদিনী

# LANGLEN THADOI

A Manipuri Film Script

By Khaidem Pramodini Khanganba
Kwakeithel, Thokchom Leikai, Imphal

ফোংবা ঃ কে. পি. ফিলম

মমি নম্নবা ইথোকপা ঃ নৌশাদ

অহানবা ফোংবা ঃ ১৯৮৪ ইং

কপি ঃ ১০০০

অনীশুবা ফোংবা ঃ ২০০২ ইং

কপি ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ৪৫/-



---

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল



খুদোল তমজরি

ফিল্মবু খোয়দাজবিবশিং দা

—প্রমোদিনী

# লাংলেন থাদোই

১৯৮৪ দা কে. পি. ফিলম না পুথোকখীবা ফিল্মদা

মরু ওইবা শক্তম লাংখিবশিং

**নুপী ঃ**

| | |
|---|---|
| লৈহাও | ঃ ইবেয়াইমা |
| ইবেচাউবী | ঃ তম্ফামনি |
| থাদোই | ঃ চন্দ্রসখি |
| নোংয়াইগী মমা | ঃ রাধারানী |
| প্রধানগী মমৌ | ঃ সনাহনবী |

**নুপা ঃ**

| | |
|---|---|
| নোংয়াই | ঃ তেজমণি |
| কোকঙাং | ঃ ললিত |
| প্রধান | ঃ কোইরেং |
| কোকঙাংগী ময়াম্বা | ঃ ইবোচা |
| ডাক্তর | ঃ দেবেন |
| বে.ডি.ও. | ঃ বীরমনি |
| ই.ও. | ঃ ইবোমচা |
| ইন্সট্রক্তর | ঃ জয়চন্দ্র |
| থোইদোকপা শক্তম | ঃ রবীন্দ্র শর্ম্মা |

| | |
|---|---|
| শেম শাবা অমসুং লমজিং লমতাকপা | ঃ এম. এ. সিংহ |
| বারী, ঈশৈ ময়েক অমসুং খাচানবা | ঃ প্রমোদিনী |
| ঈশৈগী লমজীংবা | ঃ টিজেন্দ্র |
| ঈশৈ শকলিবশিং | ঃ চন্দ্রসখি, টিজেন্দ্র |
| মমি নম্বদা লমজিংবা | ঃ সুরেস পাটেল |
| ফিল্ম পুথোকপী | ঃ সখি |

# রাহৌদোক

**ডেভেলপমেন্ট ঃ**

ডিপার্টমেন্ট তা সরকারগী থবক তৌবা মীওই অমা ওইরুবনা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎতুনা চাওখৎ থৌরমগী থবক কয়া পায়খৎলুই। থবক পাঙথোকপা মতমদা অয়েৎপা, য়েখায়বা, থুগাইনবা হোৎনবা, অথীংবনচিংবা মথোঙ চাদবা থৌদোক রাথোক কয়া থেংনৈ। খঙলকই - চীন্না ঙাঙ শাক্তুনা তম্বী তাকপীবতনা মীয়াম্বু ভাব তাহনবা ঙমদে। থবক্না উৎতুনা খঙহল্লগতা লায়না ভাব তাগনি হায়বসে ঐগী থাজবনি। অসুন্না চাওখৎ থৌরমগী পাউজেল অসে মমিদা (সিনেমা ওইনা) নমথোক্তুনা উৎপা ঙম্লবদি মীয়াম্না লায়না ভাব তানা খঙবা ঙমগনি। মসিনা "লাংলেন থাদোই"গী স্কৃপ ইদুনা ফিল্ম নম্বগী মরম অমনি।

**লোক্তাক পাৎ ঃ**

লোক্তাক পাৎ অসে শম্না হায়রবদা অকোয়বদা খুন্দারিবা খুনজাশিং গী থরাইনি। লোক্তাক অমসুং লোক্তাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী ফজবা ময়ামসে থাদুনা লোইবা ঙম্বা নত্তে। থাননবা রাহৈসু মতীক চানা লৈতে। শংবান্নবা অতিয়াদা থরানমিচাক্না কোঙ্গোল থিনবগুম লোক্তাক ঈপাক্তা ফুমশঙনা থরানমিচাক ওইরি। চনুরাশিংনা মশানা হিরোই ওইজদুনা কৈথেল কারি। থরনা হিরুবাক্তা তোংদুনা থৌরী য়াওদনা পৌরাতনা ঈনচিং দুনা ঙা ফারি। লৈবাক কয়াদগী পাইরকপা উচেক শঙ্গু শঙ্গুনা নীংঙাইবা লৈতনা চাক্তাররি।

অসিগুম্নবা মহৌশাগী ফজবনা থল্লবা লোক্তাক পাৎ অসে খুৎশেমগী ফজবা থেৎচিল্লক্রবদি মাঙখিবা য়ারি। খুৎশেম লাক্রবদি লোক্তাক ঈপাক্তা মোটোর বোট তাউরক্কনি, টিউব লাইটনচিংবা থানজিল্লক্কনি।

খুৎসেমনা নিল খোংলবা, ঈশিংনা হু চেনলক্লবদা চাক্তরম্বা উচেক কয়াশিং, খুঞ্জাশিংগী থৱাই ওইরম্বদো ফংলখিগদ্রা ? মদুম্না তৌরক্লবদি লোক্তাক পাৎকি মহৌশাগী ফজবা পুন্নমক উবা ফংলরোই খল্লুবদা মিপাইদবা ঙমদে। তুংদা হৌরক্লিবা নহারোলশিংনা মমিতা ওইরবসু লোক্তাক্কী ফজবদো উজহৌনবা ফিল্ম অমত্তং নমহৌগে খনখি।

মথক্তা পীজখ্রিবা হীরম অনী অসিনা য়ুমফম ওইরগা লাংলেন থাদোই হায়বা স্কৃপ অসি ঈদুনা ১৯৮৪ ইং দা ফিল্ম ওইনা পুথোকচখিবনি। অহানবা ওইনা ১৯৮৪ ইং দা লাইরিক ওইনা ফোংজখ্রে। ময়াম্না লাইরিক অসিবু মখা তানা হংবিবদগী অনিশুবা খুৎনম অসি অমুক পুথোকচরি।

-খাইদেম প্রমোদিনী -

# লাংলেন থাদোই

## (১)

সিন - ১

মফম ঃ  মণিপুরগী তম্পাকলম।

*(মণিপুর তম্পাকলমগী মহৌশাগী ফজবা থাঙমদ্রবা পুক্লীং হূনা নীংথিবা চীং, পাৎ, তুরেল, উপাল ৱাপাল মাগী মাগী মচুদা, শকফমদা ময়েক শেংনা শেংনা উথলি। ফজবা কয়াদুবু শৈথাদুনা শকলি।)*

### ঈশৈ

পোইরৈ লৈবাক কংলৈবাক
পোক্লফম লমদম ইরৈবাক
কোলোই হেনবী মণিপুর।।

ভারত নোংপোক চিদাইদা
চীক্লা লেম্না ঙাল্লিবী
মালেম শাৎনা ফাওরিবী
কোলোই হেনবী মণিপুর।।

শংলেন ফিজোল থোল্লিবী
লোইবী চুম্বং খনজবী
লোক্তাক ঈতাক্লা লৈতেংবী
শালাই তরেৎনা খুন্দাবী
ৱাৎতা পাদবী ইরৈবাক
কোলোই হেনবী মণিপুর।।

ইম্ফাল, নম্বুল, কোংবা, ঈরিল
ওইরি পলেম নঙগী শিংলি
পাম্বোইবীগী শাইওনফম
ফৌওইবীগী খুম্বোকলম।

নথানুংদা পোমজগে
নম্মবাক্তা শাৎচগে
নশাইগোন্দা হিংজগে
পীনবীয়ু অপোকপী
অৱাৎ অপা লৈতলম
কোলোই হেনবী মণিপুর।।

(২)

সিন- ২

মফম ঃ তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম।
*(থাদোই অয়ুক্তী থবক ইনখাং তৌরি। লৈহাউ থোরকই।)*

লৈহাউ ঃ ইবেম্মা। নঙগী শেল্সিবু কয়ামুক্তা কোন্নগদগে?

থাদোই ঃ চনীগুম্বদং শুরবদি কোন্নগদ্রা খল্লি ইনেতোন।

লৈহাউ ঃ (শেল থী)
লুপা নিফুদি বাৎলেনা সিদি। ননে থম্মালদা খর লৈখিবদু পীরক্নি। ঐ অমুক্তা হংলুখিগে। (শেল পী, থাদোইনা লৌই)

থাদোই ঃ ঙসিমক নৎত্রবসু য়ানিদা ইনেতোন।

লৈহাউ ঃ হে - ইমৌগীবু শোয়বা য়াব্রদো। ইনে লৈরিসিদি। ইমৌগীবু করি ৱাৎকনি। ইনেনা শুনবা হোৎনগনি।

থাদোই ঃ ইনেতোনগী হকচাংনগা ঙমদবনে। কোন্না তৌরোদা ইনেতোন। য়ান-য়ানবা শীন্নবা হায়দুনি।

লৈহাউ ঃ কৈস্ু কুইগদবা নত্তেদা। চিঙৈনা হল্লককদবনি।
(থোকখি)

(৩)

সিন - ৩

মফম ঃ খুগা তুরেল।
*(থাদোই ঈশিং শোকলি। নোংয়াই লাকই)*

নোংয়াই ঃ হন্দক মরকসি মীসে লোৎপা হৈনরেকো।

থাদোই ঃ কনাবুনো হায়রিদুবো?

নোংয়াই ঃ উদা বাদদি ওইরম্লোইদনা।

থাদোই ঃ হৈরেনে বাঙাংবকাদি।

নোংয়াই ঃ ওজা ফবনিনা ঐখোয়সু পংনোপ্তি নোপ্তবনি।

থাদোই ঃ হোইনে। অপঙবী ঐখোয়দি তুমিন্নশুম লৈজরগে।
(ঈশিং শোকই। হৌগৎলি)

নোংয়াই ঃ কৈদৌঙে চৎপা তারে?

থাদোই ঃ করিবুনো?

নোংয়াই ঃ খঙহন্নীংদবা পাউসে তম্বীনবা ঐগীসু মী য়াম' লৈজাৎনি।

থাদোই ঃ তৌরদৌনি মাই হৌনবী কোচিও কোরাংও। অরেপ্পা খঙদ্রিয়ে।

নোংয়াই ঃ অা য়ৌরগনে মশা নানবা পাখং উবদা ঐখোয়কাসি কাউখিনিকো

থাদোই ঃ নুপী ওইবীশিংগী লেপখ্রবা থম্মোয়দি হোংদবনে। চৎলগে।

নোংয়াই ঃ নঙ চৎখ্রবদি ঐদি ...?

থাদোই ঃ নোকনীংদ্রা? পুন্সীসিমা উন্নররোইদৌনা!

(৪)

সিন - ৪

মফম ঃ তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম, ইমুং।

লৈহাউ ঃ ইবেম্মা! থাদোই! নপোৎ নচৈদু শুরবরা চিৎথ-নাম্বনিকো। নঙ' তা-নোংয়াইশু লাক্লনি। চৎলমদাইদা লাইনিংথৌ খুরুম্বা কাউনুকো। নঙনা চৎকদৌরিবা ট্রেনীংসে ইনেনা হেক পাম্বদু থোক্লে। ঈশ্বরনা চানবিদুনা মহিলা মণ্ডলগী মীহুৎ অমা ওইননি নঙ' চৎলিবসে ইনে পুমপেন পেল্লে। কল্লা হোৎনগদবনিকো।

থাদোই ঃ কৈসু ৱারম্নু ইনেতোন। ঐনা ফম্নবা হোৎনগনি। ইনেতোন্দুম নাদ-য়েক্তনবা নীংথিনা লৈবিরম্মু।

লৈহাউ ঃ ঐগীদি কৈসু ৱাবিরম্নুদা। নঙগীদুম শোয়দনবা হোৎনৌ। ইহে ঐদি কাউবু কাউইনে। নঙনা হোরেল লম্বীদা চানবা কৈনোমত্তা য়েংঙুখিগে।

থাদোই ঃ লৈরম্নুদা কৈকাম্নবা।

লৈহাউ ঃ ঙহাক্তনি। লোইদা-লোইশিল্লম্মো। নঙ' তা-নোংয়াইসু লাক্লনি। (লৈহাউ থোকখি)

(৫)

সিন - ৫

মফম ঃ তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম, শুমাং।
(শুমাংদা লৈহাউগা নোংয়াইগা থেংনৈ)

লৈহাউ ঃ তো! হায়রিমক্তদা নঙ-তানোংয়াইসু য়ৌরক্লে। চংঙু চংঙু ইবুংঙো। নচনসু লোইরবনি। ঐ খোংনাংখোঙফাওদা থোকউখিগে।

নোংয়াই ঃ ফনি ইনেতোন।
(লৈহাউ চৎখি। থাদোই ইমুংদগী মাঙ্গোলদা থোরকই)

নোংয়াই ঃ লোইদ্রিবরাও?

থাদোই ঃ লোইরে তায়াই।

**নোংয়াই ঃ** (নোকফেৎ তৌরগা)
য়াম্না কেরেকো।

**থাদোই ঃ** হোরেন তায়াইগা চৎমিন্নবদা চোপ্তনবা কেরিবা।

**নোংয়াই ঃ** ইম্ফালদকা লৈহৌনিকো।

**থাদোই ঃ** তৌরকএদো মাই হৌনবী। ফম্মুসে তায়াই
(মোরা অমা থাই)
ঐ লোইশিল্লখিগে।
(থাদোই ইমুং চংখি।)
(লৈহাও চংঙকই)

**লৈহাউ ঃ** হাইমা! ইবুংঙো নচন্দ্রবু লোইদ্রিবরনে? থাদোই নঙবু লোইদ্রিবরনে? নবুং ঙাই লৈরে। থোরকও থোরকও।

**থাদোই ঃ** লোইরে ইনেতোন।
(মপোৎ মচৈ পায়দুনা থোরকই।)

**লৈহাউ ঃ** (ময়োম মচা অমা থাদোইনা পায়রিবা খাউদা হাপচিল্লকপা) সে-সে লম্বীদা চাক লাম্লক্লগা সি হেক চাও। ইবুংঙো নচনসি নীংথিনা লোয়নবিয়ুকো। মাদি লম্বী লমশাং অমুক্তা চৎচদ্রিবনি। আ য়ৌরগসু খরা মুন্না শিন্নবিরম্মু।
(থাদোইদা ওনশিন্দুনা)
ইবেম্মা ! আ ইম্ফালদনে চ্যেকশিন্না লৈগদবনি। নথৌদা পুক্নীং চংঙুকো?

**নোংয়াই ঃ** মখোয়গী ট্রেনীংসিদি য়াম্না চ্যেকশিনজাৎনি ইনেতোন। মহাক মতোমদা নত্তে। মখোয় কুন-কুমথরা পুন্না লৈমিন্নগদবনি।

**থাদোই ঃ** (মনেদা খুরম্মগা)
ইনেতোন চৎলুখিগে।

**লৈহাউ ঃ** (থাদোইগী মকোক্তা নানবিরগা)
নকোকফাউ হেক চীক্লনু। অরাং অপা লৈবদা পাউ হেক পীরকউ।

**নোংয়াই ঃ** অদুদি ইনেতোন! ঐখোয় অমুক য়ৌজরুখিগে। চৎসি থাদোই।
(থাদোইগী পোৎ-চৈদু নোংয়াইনা পাইবিগে হোৎনৈ অদুবু য়াদে।)

**থাদোই ঃ** ঐ পায়গেদা বাননবনি।
(লম্বী নাকন্দা জিব থারিবা মনাক য়েঁনা অহমদু চণ্ডশিনখি।)

**লৈহাউ ঃ** নুংশিৎ মরক্তনে নশম-ননাদো থাদোক্কনু, উফুল চাহনগনু না-লাক্কনি। অরাৎ অপা লৈবদা হেক হায়রকউ।

**থাদোই ঃ** ফনি ইনেতোন চৎলুখিগে।

**লৈহাউ ঃ** চৎলো চৎলো।
(মপি ঈরা চেন্দুনা কপ্পা খাওনা য়েংদুনা মনে লৈহৌই। জিব থৌখি।)

## (৬)

সিন - ৬

**মফম ঃ** **ইম্ফাল।**
***(নোংয়াইগা থাদোইগা জিব গাড়ীদা ইম্ফাল য়ৌরকপা। থাদোইনা ট্রেনীং সেন্টরদা শিন্দম লৌবগী তোঙান তোঙানবা শিন্দম উৎপা।)***

**উৎলকপা ঃ -**

(ক) খুগা তুরেল মপান্দা নোংয়াইনা তৌফম খঙদনা ফমদুনা লৈবা।
(খ) নোংয়াইনা চিঠি ইবা।
(গ) থাদোইনা মাগী হোস্টেলগী কাদা ফমুংদা চিঠি পাবা।
(ঘ) থাদোইনা চিঠি ইবা।
(ঙ) থাদোইনা লাইরিক পাবা।

### ঈশৈ

হো থাবা হো শজীক
অপাম নুংশি লৈকোল লৈশেম্বী
অতিয়া মালংদা
কোরৌহনবগী মমোম ওইরিবী।।

য়েন্নীং থা লাকপদা
কুমগী নোংসু য়ৌরক্লে
লাইজা লীক্লা ফংবদা
নঙগী চান্নবী শুলাবলৈ
লৈরাং লৈশাং তন্নকলে।।

নুংশি ঈখৌ লাংলবা
নথংলেন খোইনীং শাখপ তোয়রক্লে
শানৌ নকা তন্নকলে
শকহেনবী নঙবু শুলাবলৈ
থেকনা নৌনা কেজরো
লৈরাং লৈহী চুপহল্লো।।

উৎলকপা ঃ -

*(লৈহাউগী ফমমাংদা নোংয়াইনা মোরা অমদা কন্নী। বা হংঙই)*

লৈহাউ ঃ ইবুংঙো নচনদুবু কমদৌরিদনো। নহাল চৎলমদাইদা লুপা ২০০ দং পুগে হায়বনি মদুসু শুখিদরে।

নোংয়াই ঃ ইনেতোল পৈশাগীদি বানীংঙাই লৈতে। মখোয়গী ট্রেনীংদু থাদা লুপা ১০০/১০০ সু স্টাইপেন্দ পী হায়বনি।

লৈহাউ ঃ পৈশাসু ফংবোইরেকো।

(৭)

সিন - ৭

মফম ঃ তোর্বুং লৈহাওগী য়ুম।
*(লৈহাউ মাঙোলদা হিপ্পী। ইবেচাউবী লাকই)*

ইবেচাউবী ঃ ইনে ! হকচাং ঙমদে হায়বদুবু কয়াম কন্না ঙমবিদ্রিবনো?

লৈহাউ ঃ হে পংকন কন্না ঙমদবা নত্তেদা। ইনেগীদি নোইনা হেন্না খঙলিদুঙাই।

**ইবেচাউবী ঃ** ঐদি ঙরাং মীটিং লাক্তদুদা খঙবনি ইনে।

**লৈহাউ ঃ** ইনেসু ঙরাং লাকহৌদবদুদা নুংঙাইত্রিবনিনে। আ করি করি তানখ্রবগেনে?

**ইবেচাউবী ঃ** হান্নগী সরকারদগী শেল লৌনবগী ৱাফমদু খক্তনি ইনে। থাদোই হন্নক্রগা মপুং ফানবা হোৎনবাইদুনি। মাগী ট্রেনীংদুবু লোইগদবা কয়াম ৱাৎলিগে?

**লৈহাউ ঃ** লোইরনেদি হায়। খঙদে কয়াম ৱাৎলিজাৎনো। পংকুইদি কুইররোই নীংই। খঙদেদা ইবেম্মা, ইনেদিনে লাইমন অমা ওইরবনিনে। ইনেনা লাঈরবী ওইবনিনা মনীং থুংহনবসু ঙমদেদো। মাগীনি হায়দুনা লৈরিবাইবু আ কারাংগী মপনদুতা ঙাইরবনি।

**ইবেচাউবী ঃ** করিগীসু পংখল খল্লুদগে ইনে। ঐখোয় সুকয়াম লৈরিসিদি।

**লৈহাউ ঃ** খঙদেনে ইবেম্মা, ঐনা খরা কম্প্লিৗেসিদা মাননে ময়ুম মকৈ পান্দুনা নুংঙাইনা লৈজহৌরদিনে ইনে শিরবসু পেল্লনি। ফনহাইশাবনি কারাং-গীদুদি মপাগা পোকমিন্নবা মপন্নিদো। মাসু পংনুং নুংঙাইনা পানবদি নচ্চদবা। মচা ময়ামদুগা।

**ইবেচাউবী ঃ** ইনে, অদুম্না পুক্নীং হম্থবা ৱা পংখন খনবা হৌনদেয়ে।

**লৈহাউ ঃ** ইনেনা পামজবগা, ময়াম্নসু নুংশিবিদুনা মাবু ট্রেনীং থাবিরে। ইনেনাদি ইশা ফত্তবনিনা শোরি পারি পংখন্দা হেক খল্লে।

**ইবেচাউবী ঃ** ইনেনা হকচাং ঙমদে হায়দুদা চেঙ্গুরকপনি। কৈস্ থোইদোকপা ভৌদ্রবনিনা ঐ অমুক য়ৌখ্রগে ইনে।

**লৈহাউ ঃ** ফরে ফরে। অশংবা মতমদা হেক হেক চৎথোরকউকো।

(৮)

সিন - ৮

**মফম ঃ** তোর্বুং, প্রধানগী য়ুম।

***(প্রধান অমসুং মাগী মী খর ফমদুনা মাঙ্গোলদা ৱারী শারি)***

**প্রধান ঃ** খুনগী ডিভেলপ প্রোগ্রাম অসিদা প্রজাগী মীহুৎ ওইরিবা ঐ য়াওদবা য়াদে হায়বসি মখোয় নুপীশিংসিনা খঙলিবনেইবা। অদুগা প্রধান ঐগী বা তাদনা মখোয়না কোয়চেন চেন্দুনা কোয়লাঙ লাগুঙিবসি করিগীনোইবা।

**নুপা ১ ঃ** মোই'সিবু মোই' অমনিদানা কোয়চেন চেনবোই ভৌইদা।

**প্রধান ঃ** ইবেম্মা! নোই চাদু লোইদ্রিব্রনে? পুখোরকও
(মমৌ চা পুখোরকই, পী। ময়াম্মা য়েংঙি)

**নুপা ২ ঃ** ইবেম্মসি নত্রনে হনদক ইম্ফালদগী লাইরিক হৈবী নমৌ অমা লুহোংলুই হায়বদুবো?

**প্রধান ঃ** মানি, মহাক লাইরিকস্ বি.এ. নি। হাই ইবেম্মা হয়েংদি য়াহৌ ঙনগদবনিকো মন্ত্রীগী ময়ুমদা মন্ত্রী উন্নবা চৎকদৌরিবনি। মন্ত্রীগী ময়ুমসিদি হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী বর লাই খুরুম্বগা চপ মান্নবা কৃক কৃক ইন্নখ্রবজাৎনিহৈ।

সিন - ৮ (ক)

**মফম ঃ** তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম।
*(ইবেচাউবী লাকই)*

**ইবেচাউবী ঃ** ইনে, ইনে!

**লৈহাউ ঃ** ইবেম্মা।

**ইবেচাউবী ঃ** হোরেনগী মিটিংসি ইনে লেঙবিরক্তবা য়াদেকো হকচাংসু ঙম্বীরবনিনা।

**লৈহাউ ঃ** লাক্কনি, লাক্কনি! করিগী লাক্তদগে ময়ামগী থবকপো। নহান্দবু হকচাং ঙমদবদুদা তৌবনি।

**ইবেচাউবী ঃ** য়ারে ইনে। ইনম্মা খম্বী-হোইদসু পাউ পীরুখিগদবনি।

**লৈহাউ ঃ** ফরে ফরে। নখোয় ময়াম্মা শোয়দনবা হোৎনরম্মো। ইনে শোয়দনা লাক্কে।

(৯)

সিন - ৯

*(থাদোই ট্রেনীং লোইরদুনাবস তোংদুনা ময়ুমদা হল্লকই। ময়ুম য়ৌরগা মনেতোন্দি য়ুমদা লৈরমদে। পোৎ-চৈ থানল্লগা ইবেচাউবীহোইরোমদা চৎখি।)*

(১০)

সিন - ১০

**মফম ঃ তোর্বুং, ইবেচাউবী য়ুম।**

***(ইবেচাউবীগা লৈহাউগা মাঙোলদা ৱারী শারী)***

**লৈহাউ ঃ** মাগী পরীক্ষাদি লোইরে হায়য়ে। কৈদৌঙে লাক্কদৌনো ইপাউ অমতা পীরক্কে।

**ইবেচাউবী ঃ** (শুমাংলোমদা য়েংলগা)
হাইমা থাদোই!

**লৈহাউ ঃ** (হরাওনা)
ইবেম্মা! নঙ লাকঅবোরে।

**থাদোই ঃ** ট্রেনীং লোইরে চৎপা য়ারনি হায়বদুদা য়ৌনীংমনগ্রদুনা পাউকা অমতা পীরক্কনা হেক্তা লাক্লবা।

**লৈহাউ ঃ** অঙাওবিসিদি। অদুম তৌবা হৌনব্রাও। ঈ-পাউ অমতসু পীরক্কনা। নঙবু চাক ঈশিংকা চারক্লবরাও?

**থাদোই ঃ** চারক্লে ইনেতোন।

**ইবেচাউবী ঃ** ফরেদা নঙ লাকপা। হৌজিক্তা নঙগী ৱারী শারম্মীবনি।

**লৈহাউ ঃ** অদুদি ইবেম্মা! ননাও লাক্লবনিনা ঐখোয় অমুক য়ৌরগেদো
(থাদোইদা)
নঙগী নপোৎ নচৈদি?

**থাদোই ঃ** আ ... য়ুমদা থনম্মে।
(ইবেচাউবীদা)
ইচে ! য়ুম য়ৌরুখিগে।

**ইবেচাউবী ঃ** ফরে ফরে। থবক ইনখাং লোইরগা ঐসু চখোরক্কে।

(১১)

**সিন - ১১**

**মফম ঃ** খুগা তুরেল,
*(নোংয়াইগা থাদোইগা রারী শানরি)*

**নোংয়াই ঃ** ঐগী চিঠিদু ফংদ্রা ?

**থাদোই ঃ** ফংঙি।

**নোংয়াই ঃ** নঙগী পাউ তারগা গাড়ী পুদুনা লাক্কে তৌরম্লিবনি।

**থাদোই ঃ** মীঙোন্দা হন্না হন্না ওৎপদো পামদ্রদুনা বস্‌তা হেক্তা লাকচরবা।

**নোংয়াই ঃ** অদোমদা পাউথোং ওইদ্রবসু ঐগা চৎমিন্নবা উরগা চিংনখিগদবা মী লৈরবসু ইশেং শেংনা হেক্তা হায়দোরুসিদা।

**থাদোই ঃ** খম্বনদি হাইফেৎ চাউবা জাৎনি।

(১২)

**সিন - ১২**

**মফম ঃ** তোর্বুং, ইবেচাউবীগী য়ুম।
*(ইবেচাউবী ফি ফোৎলি, থাদোই চংঙকই।)*

**ইবেচাউবী ঃ** থাদোই নঙ লাকপা ফরে। ঐসু চৎথোরক্কে তৌরম্লিবনি। ফম্মু। নঙগী ট্রেনীংনা কমদৌরকপা ?

**থাদোই ঃ** তম্বগী বাদি য়াম' তম্লকই ইচে। শেল থোকপা য়াবা কয়ামসু য়াওই। কোন্দা ফুরিৎ তুবা, মেছিন্দা শামতুগী দবলমোজা লোনবা। চিঞ্জাক্কী মহাউ, মচিং ওইবা শরুক মাঙহন্দনা থোং-থাকপা, মখল মথেলগী য়েনশাং থোংবা, লং মচু শঙবা, চিঞ্জাক হৈ-রা লীদুনা থম্বা, অদুগা অঙাং ফজনা য়োক থাকপা অসিনচিংবা নুপী অমনা তম্বা য়াবা শিনফম অয়াম্বা লোইনা তম্লকই ইচে।

**ইবেচাউবী ঃ** য়ান্না কান্নবা জাৎনিদনা।

**থাদোই ঃ** অদুগা ইচে, ঐখোয় খুনসে শিনগুশঙসু লৈরবনিনা সরকারদগী শেলগী মতেং লৌরগা পায়খৎপা য়াবা থবক পায়খৎপা য়ারে। মণ্ডলগী লৈজরিবা ফিশা-কোন, ফুরিৎ তুনবা কোনশিংসি পুথোক্তুনা ময়ামদা তম্বীবা হেক্তা হৌসি। অসিগুম্বা চাউখৎ থৌরাংগীদমক্তি সরকারনসু শেল য়াম' চাউনা কাইয়ে। অহল ওইবশিংনা চিনি হৈবা, ফক শাবা, থাও শুম্বা, মচাকসু খুলসিদা মরাঙ কায়না ফংবনিনা পায়খৎপা য়ারে। অদুগা ঙা য়োকপা, য়েন লোইবনচিংবা থবক কয়ামসু লোইনা পায়ৎপা য়ারে ইচে।

**ইবেচাউবী ঃ** ঐখোয়সু নঙ লাক্লগা তান্নদুনা পায়খৎপা য়াবা থবক পায়খৎসি খন্নরমলিবনি।

**থাদোই ঃ** থবক পায়খৎপায়বু থিহ্নদুনা কান্নদে ইচে। ঐনা মরম পুন্নমক থিজিন্লক্রবনি। ইচেনা শংবিরবদি হয়েংসি হেক্তা ব্লোক ওফিসতা চৎতুনা ওফিসারশিংদুগা তান্নরুসি। মখোয়না মরম খুদিংমক লোইনা তাকপীরক্কনি। অদুগা পীবা য়াবা মতেংসু পীরক্কনি।

**ইবেচাউবী ঃ** চৎসি চৎসি।

**থাদোই ঃ** শোয়দনা চৎসিকো।

**ইবেচাউবী ঃ** চৎসি।

(১৩)

সিন - ১৩

মফম ঃ বিষ্ণুপুর ব্লোক ওফিস।

*(ইবেচাউবী থাদোইগা বিষ্ণুপুর ব্লোক অফিসতা চঙকই। ওফিসারগা উম্নদুনা চাওখৎ থৌরাংগী অমদি মীয়ামগা খৎমিন্নবা য়াবা ট্রেনিংগী মতাংদা বা-তানৈ।)*

(১৪)

সিন - ১৪

**মফম ঃ** তোর্ববুং, কম্যুনিটি হোল।

*(ট্রেনিং মনুংদা ওফিসারশিংনা উচি চঙদনা মরু মরাঙ লিনবা মওং উৎতুনা তাকপা)*

**ই. ও. ঃ** ঙসি ঐখোয়না পুরকলিবসি ঐখোয়গী মরু মরাং হাপ্পবা উচিদগী ঙাকখোকপা ঙম্বা অদুগুম্বা গ্রেনষ্টোরেজনি। মসি মতৌ করম্না শীজিন্নগদগে হায়বদুগী অকুপ্পা মরোলদি ঐখোয়গী ইনষ্ট্রক্তর সাহেবতগী তাবিয়ু।

**ইনষ্ট্রক্তর ঃ** ঙসি গ্রেন ষ্টোরেজ হায়দুনা টিম্না শাবা অমা পুরকইবসি শরুক অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মসিগী শরুক অসি শিজিন্নরগা ঐখোয়না মসিগী মনুংদা মথক্তা য়াওরিবা মখুম অসি হাংদোক্লগা পোৎ-চৈ, ঐখোয়না হাপনীংবা মরু-মরাং ফৌ-চেংশিংদু হাপচিল্লগা থমগনি। অদুগা লৌথোকপা মতমদা ঐখোয়না মসিগী মখাদা য়াওরিবা মখুম অসি চিংথোক্লগা লোইনা খাইদোকপা য়াই হায়রিবা! অদু ওইরবদি উচিদগী ঐখোয়না পোৎ-চৈ ঙাকথোকপা ফজনা ঙম্লগনি। ময়াম্না মসিগী মতাংদদি ঐখোয়গী ট্রেনীং ফংলবা ইবেম্মা থাদোইদগী অদুম খঙবিরো। ইবেম্মা নঙনা মসিগী মতাংদা খর ফজনা ময়ামদা তাকপীরো।

**ই. ও. ঃ** মসি নখোয়গীদি কম্যুনিটি হোল লৈবনিনা হোলদা থমলে হায়রগা ময়ামদা উৎতুনা ইবেম্মা নঙনা তাকপীগদবনি।
(থাদোইদা খংহল্লি)

**থাদোই ঃ** অহোই স্যার।

**ই. ও. ঃ** অদো ঐখোয়না য়াম্না নুঙাইজবা অমনা নখোয়গী মগুল অসি থবক ফজনা মায় পাক্লা তৌবা অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈত্রবনি। মখা তাবদা সরকারগী মায়কৈদগীসু ঐখোয়না ঙম্বা মতেং পীজরক্কে। নখোয়সু মায় পাক্লবা হোৎনরকউকো।

**থাদোই ঃ** য়াম্না নুঙাইজরে স্যার।

**লৈহাউ ঃ** অদুনি ইবুংঙো ঐখোয়না পামজবসু।

## (১৫)

সিন - ১৫

**মফম ঃ** ডি. সি. গী অফিস্‌।
*(ডি. সি. ফম্মী। থাদোই চংশুকই)*

**থাদোই ঃ** অমুক্তা চঙজরক্কে স্যার!

**ডি সি. ঃ** য়ানি য়ানি চঙশুকউ। করি হায়নীংই?

**থাদোই ঃ** ঐহাক স্যারদা দরখাস্থ অমতা থাজগে লাকচবনি।
(দরখাস্থ চেদু থাদোইনা ডি.সি. দা পীশিল্লি)
ঐখোয়গী খুঙ্গংগী নুপীময়াম মরু ওইনা মহীলা মণ্ডলগী মেম্বরশিংনা কঞ্জুমারগী দোকান অমতা হাংদোকচগে। পারমিসন পীবিয়ু হায়জবনি।

**ডি সি. ঃ** ফেনে। য়াম্না ফবা য়ানি। অদো ডিপোজিৎকাদি চাউবনিহে। নখোয়বু শুমগজ্রাও থীবা।

**থাদোই ঃ** অদুগীদি শুমজনি স্যার। ঐখোয়গী পৈশা ওক্নবা লৈজরে।
(ডি.সি. না চে অদু পারগা করিনো খরা ইবিরে)

**ডি.সি. ঃ** ফরে ফরে চেসি এস. ডি. ও. দা পীরুরো।
(ডি. সি. না থাদোইদা চে পী)

**থাদোই ঃ** য়াম্না নুংঙাইজরে। অমুক য়ৌজরগে স্যার।
(থাদোই চে পুদুনা থোকখি।)

## (১৬)

সিন -১৬

**মফম ঃ** তোর্বুং, খুঙ্গংগী লম্বী।
*(থাদোইগা ইবেচাউবীগা লাকই। প্রধানসু মাগী মী অমগা লোয়ননা লম্বিদা থৈনৈ।)*

**ইবেচাউবী ঃ** মাম্মা কদোম লেঙবিরুবানো?

**প্রধান ঃ** ইবেম্মা! থবক অমা চৎলুবনি।
(মখোয় অনী চৎখ্রে। প্রধান্না য়েংদুনা লৈহৌই।)

**প্রধানগা লোয়নবা মী অমা ঃ** মিৎ নারেদকো নুপীশিংসিনা তৌরিসে।

**প্রধান ঃ** মাই থাদোই হায়বী, পীতৎ-পাতৎপী, পু-পাং শুদবী ফুমশঙ নিংঙোল অসিনা তৌজশারিসে, ওহোক্লা নুংশিরোইদৌরিয়ে। মিৎ নাদৌরিদা।

**উৎলকপা ঃ-**

লৈকায়গী নুপী ময়াম্না খুলগী কম্যুনিটি হোল শেংলি।

## (১৭)

সিন- ১৭

**মক্ষম ঃ** **তোর্ব্বুং, কম্যুনিতি হোল।**

***(নুপীশিংনা চাক চানবগী শীল লাংলি। থাদোইনা নুপীমচাশিংদা ইনশাং শেম্বা তাকপীরি। মরক্তা নুপীমচা অমা চেল্লকই)***

**নুপীমচা ঃ** (থাদোইদা)

ইচেথোই, ইচেথোই, ইনেদো কৈনোমা তৌহৌরে।

**থাদোই ঃ** (পাখৎনা)

হা! ইনেতোনবো? করি তৌরবা? অদো নঙ তায়াইদা পাউ অমতা হায়বিরুচো। ঐ চৎলম্লগে।

(য়াম্না পাখৎনা চেনখি।)

**ইবেচাউবী ঃ** নোই অমুক্তা হোৎনরমুকো। ঐসু অমুক্তা চৎলুখিগে।

(ইবেচাউবীসু চেনখি।)

## (১৮)

সিন - ১৮

**মক্ষম ঃ** **তোর্ব্বুং, নোংয়াইগী য়ুম।**

***(নোংয়াই পাউ হেক ফংবগা ময়ুমদা হোবে হোবে চেল্লকই।)***

**নোংয়াই ঃ** ইমা! ইমা! ঐখোয় গাড়ীদি?

মমা ঃ নঙ পাবুংনো পুখি। করিনো নঙনা হাথু হাথু তৌরিবসিবো। নঙনা হেক তৌবসে য়ুম মৈ চাকপদৌনা তৌইদকো। চৎলো চৎলো চাক - ঈশিং লোইরবনি চাথোকউরো।
(নোংয়াই চেনখি।)

উৎলকপা ঃ-

থাদোইনা চেনবা, ইবেচাউবীনা ইন্নবা।

সিন - ১৮ (ক)

মফম ঃ তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম।
*(লৈহাউ ফমুংদা হিপলি। থাদোই মনেতোনগী নাক্তা ফন্নদুনা সেবা তৌরি। হীক হীক কপ্লি। ইবেচাউবীসু ফমুং মচি অমদা ফম্মী।)*

লৈহাউ ঃ ইবেম্মা ইমৌসে মরায়বক থীরবিনি। মাগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনাসু উদ্রবিনিকো। মাগী খল্লুবদা ইনেদি লানবা ঙম্মোইদৌরেনে ...।

ইবেচাউবী ঃ করিনো ইনেনা ঙাঙলিবসিবো। ইনেগা পাঙথোকমিন্নগদবা থবক য়াম্না রাৎলি। ঐখোয় পুন্নমক ইনেনা ফবতা ঙাইরিবনি।
(কপ্লি)

লৈহাউ ঃ ইনেগী ইবেম্মা থাদোই, ইনেনা করি গুম্না ফত্ত-নুংদা থোকখ্রবদি নঙ কারাংদা নপনগীদা লৈবনা ফগনি। নপা নপনগী মনাক্তা লৈবা হায়বসিনা পুক্নীং খিৎ-লুমগনি।

থাদোই ঃ (হীক হীক কপ্লগা)
ইনেভোন ...।

লৈহাউ ঃ ইবেম্মা মীয়ামগী সেবাদা পুক্নীং চংঙুকো। মফম অদুদা নঙনা তৌবা য়াবা থবক কয়া থিদুনা মীয়ামগী সেবা তৌরকউ। ইনেনা তৌগে খনবা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙমদনা লৈহৌরে। নঙনা পুন্নমক অদো পাঙথোক্লবা হোৎনরকউকো।
(ইবেচাউবীদা)

ইবেম্মা ইবেচাওবী নচিন-ননাও থাদোক্লবা য়াদেকো। পোকমিন্নবা ননাওমক্কি খনদুনা লোয়নবিয়ুকো।
(লৈহাও শ্বর হোনবা লেপখি।)
(ইনে ... হায়না অনীমক্কা মমায় উপশিনদুনা কপই।)

(১৯)

সিন - ১৯

মফম ঃ তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম।
*(নোয়াই একাগাড়ী কম্না থৌজিল্লকই। শুমাং য়ৌবদা ইমুংদা কপ্পবগী মখোল তাবদা চপ লেপ্পি। নুংঙাইতনা হন্দুনা থোকখি।)*

সিন -১৯ (ক)

মফম ঃ তোর্বুং. লৈহাউগী য়ুম।
*(থাদোইনা মনেতোন লৈখিদ্রবদা নুংঙাইতনা রাখলদা উংদুনা লৈ। ইবেচাউবী লাকই। )*

ইবেচাউবী ঃ থাদোই নঙনা তৌরিসিবু করিনো? করিমত চাদ থক্কনা। নশাদো সোকচিল্লনি। ইবেম্মা মীওইবা হায়বসে সিঙাক্তনি।

থাদোই ঃ ইচেচৌবী! ইনেতোন হেক লৈখিদবদগী করিমতা চানীং থক্লীংবা পোক্ত্রে।

ইবেচাউবী ঃ মীয়ামগী সেবাদা মশা কখোক্লনা হোৎনজরম্বী ইনেনি। মদুমক নঙোন্দগীসু আশা তৌখিবীনি। নঙনা চাদ-থক্কনা শুম লৈরবদি ইনেনা পামজরম্বদু করম্না মপুং ফাহনবা ঙমগনি ইবেম্মা। (থাদোইনা ইবেচাউবীগী লেংবান্দা মমায় ঙাশিল্লগা কপ্পকই। ইবেচাউবীসু থাদোইবু কোনশিনবিদুনা কপ্পকই)

উৎশিল্লকপা ঃ-
(প্রধান মাগী ময়ুমদা মমান্নবা অমনিগা ফমদুনা ৱারী শারি।)

**প্রধান ঃ** নহান থাদোই মনেগী শোরাৎতুবু ফনা চাউনা শোনখিয়েনে। মণ্ডলগী নুপী ময়াম্না খায়নৈ হায়নে। নহাক্নখৈ মখোয়না কোইচেন চেন্দুনা খায়রম্লিবসিদি থাদোই মনেগী সোরাৎকি ওইরে।
(মমৌ নুপী ঈরুজবা কারকই, পিথ্রাই বালটিন অমা ঈশিং থম্না পুদুনা ইমুং চণ্ডখি। প্রধানগী মরুপশিংদুনা লোম্না য়েংনৈ।)

**১ বা নুপা ঃ** তাধন নমৌনুপী অতোনবী ইম্ফাল নিংথোল অসিনা মণ্ডলগী সেক্রেটরি ওইহল্লসি। খুল অসিদা লাইরিক হৈবসু মানা মহেল্লে। থবক হায়রা কৈসু লৈবা নত্তে। পৈশা ফংলা লোইরে।

**প্রধান ঃ** ইবুংগো ইয়াম্বসু খল্লমলিবনি। মাগী থাদোই হায়বী অদুনা মমিংতা সোই তৌবা হৈরেগা মীয়ামগী সেবা তৌবা য়াপোৎ নত্তে। অদুক তৌজসারিবাইদুনি। হৌজিক কৈদৌনি মতীক চাবী ইমৌ লৈরবনিনা মাবু হেক সেক্রেটরি ওইহল্লগা লোইরেদনা। ময়াম্নসু পাম্লবনিনা।

**২ বা নুপা ঃ** অদুনি ঐখোয়না পামলিবসু।

## (২০)

সিন - ২০

**মফম ঃ** তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম।
*(ইবেচাউবীনা লৈশাবী মচাশিংদা ফিশা লোনশা তম্বীরি। থোঙ্গালদা বি.ডি.ও.গী জীব থৌজিল্লকই। ইবেচাউবীনা বি.ডি.ও. লাক্লে হায়না ময়ামদা খঙহল্লি। থাদোই চেনশিনখি। ইবেচাউবীনা বি. ডি.ও. বু ওকই।)*

**ইবেচাউবী ঃ** স্যার! লেঙবিরকইবরা?

**বি.ডি.ও. ঃ** ইচে! থবক ইনখাংকাদি করম করম চৎথরিবা?

**ইবেচাউবী ঃ** স্যার, ঐখোয় ময়াম চঙদুনা পংহোৎ হোৎনজরি।

**থাদোই ঃ** (ইমুংদগী থোরক্লগা)
স্যার লেঙবিরকইবরা? চেয়ার সোমদা লেঙশিনবিয়ু।

**বি.ডি ও. ঃ** য়ারে য়ারে সিদগুম ফম্মগে।
(চেয়ার চিংশিল্লগা গুমাংদা ফম্মী)

ইবেম্মা ঐদি ইনেগী শোরাং লাকহৌদ্রে। ভসি টুর প্রোগ্রাম অমা চৎলুবদা লম্বী থোক্লুনা পাউ অমা তম্লীংদুনা চঙলকপনি। নখোয় মণ্ডলগী গ্রান্টকি বাফমদো য়ানরবনি। অদুগা অমনা ডি. দবলিউ. সি. আব. এ. (Develoment of Women & Children in Rural Areas) হায়বা প্রোগ্রাম অসিগী মখাদা সরকারনা শেম্থোক লম্বীদা খুঙ্গংগী নুপীশিংদা তেংবাং কয়া পীরগনি। নখোয়গী মণ্ডলনা পায়খৎকে হায়রিবা শিনফম অয়াম্বা পায়খৎপা য়ারে। শিনফম অমমমদা লুপা লীশিং তরা তরা হৌদোক-শেল ওইনা পীগনী।

**থাদোই ঃ** য়াম্না নুঙোইজরে স্যার।

**ইবেচাউবী ঃ** স্যার চা ফানখিসি।
(থাদোইদা ওনশিন্দুনা)
থাদোই, স্যারগী চানা-থরুবা নঙ হোৎনরুরো।
(থাদোই ইমুং চঙখি। প্রধান মমৌ নুপী পুদুনা চংঙকই।)

**প্রধান ঃ** নমস্তে সাহেব! নমস্তে!

**বি.ডি.ও. ঃ** নমস্তে! খুড়া লেঙশিনবিরকউ।

**প্রধান ঃ** স্যার লেঙঙকই তাবদা লাকচরিবনি।
(ইবেচাউবীনা চৌকি অমা থাই। প্রধান ফম্মী)
হাই ! ইবেম্মা নোইবু সাহেবকি চাকা তৌদ্রবরাও?

**প্রধান ঃ** (মমৌ নুপীদা ওনশিনদুনা)
অঙাংশিংনা তৌরিদু কয়া মওং চারোইনে। ইবেম্মা নঙ চঙঙুনে।
(মমৌ চঙখি)
সিনি সাহেব নহাল ঐনা হায়জরম্বা ইমৌ নুপী অতোম্বী ইম্ফাল নিংঙোল হায়বদো। লাইরিকসু বি.এ. নি।
(মমৌ নুপীনা ময়ামদা চা য়েন্নি।)

(২১)

সিন - ২১

মফম ঃ তোর্বুং, ইবেচাউবীগী য়ুম।
*(ইবেচাউবী থাদোইগা ফমিন্নদুনা ৱারী শারি)*

ইবেচাউবী ঃ অতৈ লায়রিনে থাদোই। ঐবু চুমবরা চুমদবরা পাউ অমা তাইনে।

থাদোই ঃ করি পাউনোনে ইচে?

ইবেচাউবী ঃ ঙরাংদো নোংয়াইগীনেনা মাই মমানা নুপী অমা চেনবিরুরেয়ে ...।
(থাদোই খুমদে মমাই লুকথদুনা লৈ)
অদুগা নোংয়াইদি ঙরাংদগী ময়ুমদা হল্লক্তে হায়।

থাদোই ঃ অদুদি করিগীনো?

ইবেচাউবী ঃ খঙদেদা, নুপীমচাদুবু মানা কয়া পামদমাম্লে। অদুগা নুপী ময়ুমদু ইনাক কৈরাক্তি খুল্লি হায়।

থাদোই ঃ ফরে কৈদৌগে ইচে!

ইবেচাউবী ঃ মখোয় মমাসে অচাউরম খরা পামজবনি। মানা পুমশিন শীল্লিবনি।

থাদোউ ঃ য়াম' ফৈদা ইচে, অহল লমন্না পামজবা থিজবনি।

ইবেচাউবী ঃ মীশিদি ইবেম্মা লাপ্পরিঙেদা লাইগুম খল্লম্বদু নরুরগদি মী'ফাও মপুং ফারমদবনি।

থাদোই ঃ য়ৌজরগে ইচে।

(২২)

সিন - ২২

মফম ঃ তোর্বুং, ইবোহলগী য়ুম।
*(ইবোহল, লাইরিক অমা পারম্মী। নোংয়াই, কেশো চঙলকই)*

কেশো ঃ ইবোহল। নঙসিসু নোংয়াইদৌনা হেক তৌইদা। কাসিদা মোম্রং চুদুনা হেক লৈরদনা। নোংফাদোকসু কোয়থোরকউ।

**ইবোহল ঃ** আই! নোংয়াই, কেশো চঙলকউ ফমসি লাউ।
(অনী চঙলকই ফম্মী।)
কমদৌরে ভায় লুহোংবদা লেপ্পরবরা?

**নোংয়াই ঃ** কদাইদেনোদা ভায়। মশকফাও খঙদবা নুপীদুবু। করিনো লুহোংবসিবু ফাগিদৌনা।

**কেশো ঃ** কৈদৌয়েগে! ইনাক হায়র খুল্লি, মশকসু থীদে। মহোইগুম্বা নুপী লৌবদি পৈশাসু বাৎলরোইদৌনিনে। খঙ্ঙবরা? পৈশা! হা!

**নোংয়াই ঃ** কেশো নোই এস.ও. সিনা পৈশাগী বাতা ভাংঙি।

**কেশো ঃ** অদুনবু এস.ও. ওইরিবনিনে। ইবোহল নঙনা এম.এ. থানি হায়না হোৎরিসিনা কৈশু কাম্নদবদা।

**ইবোহল ঃ** থাদোইদি পাউ অসি তারবরা?

## (২৩)

সিন-২৩

**মফম ঃ** তোর্বুং, নোংয়াইগী য়ুম।
*(নোংয়াইগী মমাগা অতোপ্পা নুপী অনীগা মঙোলদা বারী শারী)*

**মমা ঃ** হাই তোম্বা! হো তোম্বা তারিবরা। মসিদি মশকপু হেক উদ্রবদিনে ফনা কৌরবসু তারোইদবনি। কদায় ঙম্বা চৎখ্রনো তৌরি ময়ামসিবু। হাই তোম্বা নঙবু তারিবরাও?

**তোম্বা ঃ** ইমাবেম্মা ঐবু কৌবিবরা?

**মমা ঃ** হি-ই-স। ইমাবেম্মা ঐবু কৌবিবরা কাইনা-ঙসাইদগী খৌনাও কায়মখৈ কৌরিসে তাদ্রাও কদাই লৈরুগে? হয়েংদা ভাইরে লুহোংবদি লমতুসিনা চাইরিবা মোৎলিবা-সিবু নোইবু নশক হেক উদবগা হেক্তা থি খঙদসিবু কদাইদা লৈরুগে ঙসাইদগী।

**নুপী ১ ঃ** ইবেম্মা নচানুপা অমতা পোকপনি। লুহোংবদি চোপহনবা য়াদেকো।

**মমা ঃ** ইচাগীবু তরাই তরাইনা হোৎনবা য়াপোৎনত্তে। ইনম্মা তেরাগী মোম্পাকতো মওং মতৌ য়াম্না ফজহনবিয়ুকো। ফজদ্রবদিনে ঐদি য়ারোইদৌনি।
(নোংয়াই শাউনা চংওকই)

নোংয়াই ঃ ইমা! করিনো ইমানা তৌরিসিবো?

মমা ঃ করিনোনে ইবুংঙো হৌজিক ফাওবা নঙনা ভাব তাগ্রিবসিবো। লোইনা লোইরবনি। বার্ত্তনকা নম্বা লোইরবনি। নঙগী পাবুংনা লোইনা ফনবা শিল্লবনি।

নোংয়াই ঃ ইমা! ঐগীদিনে বা কায়নরক্তিঙৈদা থিন্দোকপীখো হায়রিসিনী। (শাউনা ইমুং চঙখি)

মমা ঃ ইমানা নঙগীদমক ফননবা শীল্লিবনি। মশক্তা মতৌদা শাগৈদা নাতৈদা মাগুম্বী নুপীসিবু লৈরিব্রাও? য়াম্না কুপ্না খন্নরগনে ইমানা ফনবা হোৎনরিবনি। মাগুম্বা নুপী অমবু তরাই তরাই পাক হেক ফংব্রাও। হিদাকফু ফিদা তিন্নদবা ফুমশঙ-নিঙোল অমা থিরব্রাও ঐনা।

নোংয়াই ঃ (শাউনা থোরক্লগা )
ইমা! ইমাগী মী পক পক্তুনা ঙাঙবদো তৌবিগনু। ঐগীদি থিন্দোকপীখো হায়রিসিনি!
(থোকখি)
(ইবেচাউবী লাপনা চংঙকপা উই। ইবেচাউবী উবদা মমা'বেম্মা মমিৎ শুক্তোকই)

ইবেচাউবী ঃ ইচে'বেম্মা! কমদৌবা তারবগে? ঐসুনে ঙাহাক্তা শংদবা।

মমা ঃ চংঙকউ চংঙকউ ইবেম্মা। হংচিৎ অসে লুহোংবা লেপ্নরি। ইচাসে লোয়নবা খজিক্তং শোইখিবগী বানি। হায়বা ইনখ্রবা ইচানি। মপানা থৌরাং পুম্বা লোইনা লোইরে।

ইবেচাউবী ঃ নুপীমচাদুবু য়ৌরক্লবরনে?

মমা ঃ য়ৌরক্লনি। লৌবা চৎখ্রি।
(কোম্থোংলোমদা য়েংথোকই। হরাওনা)
আ! লাকপু লাকঅমাল্লেনে।
(মমান্নবী অনীনা পুশিল্লকই মৌ অনৌবীদু)

(২৪)

সিন - ২৪

মফম ঃ তোর্ব্বুং, ইবেচাউবীগী য়ুম, ইমুং।
*(ইবেচাউবী চাকখুমদা চাক থোংলি, নোংয়াই চঙলকই)*

**নোংয়াই ঃ** ইচে।

**ইবেচাউবী ঃ** হাইমা। নোংয়াই। চংঙকউ চংঙকউ ফম্মু।

**নোংয়াই ঃ** ইচে ঐ মফম খঙদ্রে। ঐখোয় ইমাহোইনা তৌরিসে। ঐ য়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রসিরা খল্লবনি।

**ইবেচাউবী ঃ** ফত্তে ফত্তে ইবুংঙো মদু তৌনু। অহল লমন্না হায়বা ইল্লু। নঙসু নহা ওইজরবসু মীয়ামগী সেবা তৌবা মীশক অমা ওইনা মীনা শকখঙ মায়খঙনরিবনি। অদুইসু মথক্তা নঙনা অদুম তৌরবদি করিসু খঙজদবা নুপীমচা অমবু নঙনা চঙহাৎ হাৎপা তাগনি।

**নোংয়াই ঃ** অদুদা ইচে ... ঐঙোন্দা য়াহে অমতসু হায়বীরম্বা য়াইদনা।

**ইবেচাউবী ঃ** নত্তে ইবুংঙো হৌজিক মদুগী মতম নত্রে। অহল লমন্নবু নঙগী ফত্তনবা শীনবা হৌনব্রা। নঙনা য়ুমদা হনজিন্দবসে য়াম চুমদে। নুপীমচাদুনা করি খনখিনি।

**নোংয়াই ঃ** ইচে! থাদোইনদি ঐবু করম খল্লম্নি?

**ইবেচাউবী ঃ** মাবুদি করি খল্লুনি। মাসু ঐনা খল্লিসি ঙাইদনা। চাক চখোমতং চাখোদনা।

**নোংয়াই ঃ** য়ারে ইচে।

(২৫)

সিন -২৫

**মফম ঃ** তোর্ববুং, খুগা তুরেল তোর্ববান্দা।
*(নহারোল পাখং অহুম উখা অমদা য়ু থকলি।)*

**১বা পাখং ঃ** হায়, ঐগীসু লুপা ২গী দাগ হৈরম্মু।

**২বা পাখং ঃ** য়ারোই, নঙ নহালসু শোৎলগা পীদে।

**১বা পাখং ঃ** তৌনুদা, নখোয়সু ঐঙোন্দা হায়জবা লাক্কনিকো।

**২বা পাখং ঃ** করি? নঙোন্দবু করি হায়জদৌরিবা।
*(মেগাজিন অমা পুথোরকই মফি শেৎতবা নুপীগী ফোটো অমা উৎলি। অতোপ্পা পাখং অনীদুসু য়েংঙি। য়ু হৈদুনা পীথকই)*

কদায় অমুক্তা য়েংগে।
(পুথোকই, য়েংঙি)

১বা পাখং : (গ্লাসতা য়ু হৈজিল্লি।)
সে, লুপা অনীদগী হেল্লে।
(মেগাজিন মুল্লি। মখোয় অহন্না থাদোইনা লাকপদু উরকই।)

২বা পাখং : হয়েং নত্রো নোংয়াই লুহোংবদুবো।

১বা পাখং : হোয়নে। নোংয়াই লুহোংনি তাবদা মী খরদি থম্মোয় চাকথেক্লুনা কানম নম্বা য়াওরপোৎনিদা।
(থাদোই মীৎচিনা খারপ অমুক্তং য়েংলন্নগা চৎখি। মখোয় অহন্না ঈশৈ শকহৌই।)

**ঈশৈ**

থম্মোয় কানম নম্মে .............
চাক্লে কারে
চাকপদা নত্তে,
কাবদা নত্তে,
তাঙ্গোইবু ওল্লে।
চাকলে কারে
কাথি নমলে...........।।

**(২৬)**

সিন- ২৬

মক্‌ম : তোর্বুংগী খুল্লক লম্বী অমা।
*(থাদোই বালবাড়িদগী হল্লকই। নোংয়াই লম্বী ময়াদা ঙাইরি।)*

নোংয়াই : থাদোই নঙ বালবাড়ি চৎখি তাদুনা ঙাইরম্লিবনি।

থাদোই : তায়াই ঐ লোইনা তাজরে, অহল-লমন্না হায়বা ইনবিয়ু।

নোংয়াই : থাদোই ঐবু লান্না লৌগনু।

**থাদোই ঃ** ঐ কৈসু খনদে তায়াই, অহল-লমনগী নীংবা থুংহনবা ফৈ। তায়াই ঐ চৎলে।
(থাদোই চৎখি)

সিন - ২৬ (ক)

**মফম ঃ** **তোর্ববুং, লৈহাউগী য়ুম।**
***(থাদোই চিন্তা তৌদুনা মাগী কাদা ফম্রি। পাকপীনা মপান্দগী কৌরকই।)***

**পাকপী ঃ** ইচে, ইচে ...।

**থাদোই ঃ** কৈদৌরে? পাকপী চংঙকও।

**পাকপী ঃ** ঐ ইচেদা পাউ অমা তমগেদনা লাকইনে। ঙক্তরা'মি সিবো প্রধান্না মাগী মমৌ নুপী ইম্ফাল নিংঙোলদো মণ্ডলগী সেক্রেটরি ওইহনবীয়ু হায়দনা নুপী খরগী শোই খোম্লগা বি.ডি.ও. দা দরখাস্ত থাই হায়য়ে। অদুগা ইচেবুনা ময়াম্না য়ানদ্রে লৌথোকপীয়ু হায়রেয়ে। তৌঙমদ্রাইমি সিবো।

**থাদোই ঃ** কৈদৌয়েগে। মীয়ামগী সেবা নীংথিজনা তৌবিবা ঙমগদবা মতীক চাবা মীবু লৈরবদি তৌজসনু কৈদৌগে। ইচেদি মদুনবু হেন্না পাম্মী।

**পাকপী ঃ** হেরা ইচে. মখোয়নবু সেবা করি তৌনি হায়গে। মশাগী ওইজ্রবতা থিবা কাঙবুদুবো।

(২৭)

সিন - ২৭

**মফম ঃ** **তোর্ববুং, লৈহাউগী য়ুম, মাঙ্গোল।**
***(থাদোই মাঙ্গোলদা লাইরিক য়েংদুনা লৈ। ইবেচাউবী লাকপা উরকই)***

**থাদোই ঃ** ইচে! ইচেচৌবী চংঙকখোও।

**ইবেচাউবী ঃ** ঐ মখোয়গী লুহোংবদু চৎলুবনি। হোঙবগীদি য়াম চাউনা হোঙখ্রে। অউনপোৎনে করিনে।

**থাদোই ঃ** করিগী চাউদদগে ইচে। অদুনিদনা নুংঙাই-য়াইফবশিংগী লুহোংবা হায়দো।

**ইবেচাউবী ঃ** করিমতা কল্পকক্রেদা ইচেদি। ইচেগীসু ইমা বাজিনা শকখঙ মায়খঙনদনা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংনি হায়দনা থাজবিরিবনি। অদুবু হৌজিক্তি করি থোকআগেসে। করিমতা কল্পকচদ্রে। সে কাসি নঙ চাহৌরোসে।
(পোৎয়োমদগী কা লৌথোক্লুনা পী।)
ইচেম য়ুম অমুক্তা য়ৌরুখিগে।

**থাদোই ঃ** ইচে! হোরেন মণ্ডলগী মিটিংদী, ইচে লেঙবিরক্কবা য়াদেকো।

**ইবেচাউবী ঃ** লাক্কনি, লাক্কনি।

## ঈশৈ

ঐদি লাইজ ফংদ্রবা লৈপালনি
নঙগী পুন্সী লৈকোলদা
শেন্মীম্নরম্বা লৈকোলদো কংখরে
মতমগী শারবা নুংশিৎনা য়েদুনা।

নীংশিংলি হৌজিকসু
থাখিবা ঐনা নঙবু
আশাগী পামেল ওইদুনা
থাজবা লাইজবু খিক্লুনা
করম্না লেনগবা ঐহাক্না
পুখিবদা মতমগী ঈরৈনা নঙবু।

লাপ্নখ্রবসু নঙগা ঐগা
নঙগী রাখল চাউরবা
খাইবিরকপা লৌশিংদো ঐগী
মপুং ফারে ঙসিদি
পীনবিরো নুংশি বিদায় মরুপ।

(২৮)

সিন - ২৮

মফম ঃ তোর্ববুং, নোংয়াইগী য়ুম।
*(মৌ অনৌবী ইবেয়াইনা ইমুংদো ফমদুনা ঙাইরি। মনেম চঙঙকই।)*

মনেম ঃ ইবেম্মা! তুমদ্রিবরাও ? চাক চাথোকঅরো, ঙাইরুরনুনে।

ইবেয়াই ঃ ইমা! ঐ ঙাইহাক্তং য়েংজখিগে।

মনেম ঃ ঐসু সুম য়েংলিবনি। মা কয়াম কুইনা ঙাওগে য়েংগে মাগুম্বনা কয়া কুইনা ঙাওবা ঙমগদগে?
(মনেম থোকখি। ঙাইহাক লৈরগা নোংয়াই চঙলকই। উপুদগী ফুরিৎ লৌথোকই।)

ইবেয়াই ঃ চাক চাবিখিরোইদ্রা? পুথোকচরক্লগে।

নোংয়াই ঃ (ফুরিৎ লিৎশিনবা)
ঐবু বা অনীরক ঙাঙহনগনু।
(থোকখি।)

(২৯)

সিন - ২৯

মফম ঃ তোর্ববুং, ইবেচাউবীগী য়ুম।
*(থাদোই মণ্ডলগী চে-চাং লোইনা পুদুনা লাকই। ইবেচাউবী মাঙ্গোলদা থোরকই। মখোয় অনী ফম্মিন্নে।)*

ইবেচাউবী ঃ থাদোই, করিগীনো অসুক ঙন্না?

থাদোই ঃ ইচে, ঐ ইচেদা করিগুম্বা অমতা শিন্নরমগে লাকপনি।

ইবেচাউবী ঃ করিনো হায়য়ুনে।

থাদোই ঃ (মরু লুকথৈ। পাক হায়দোকপা ঙমদনা)
ইচে, ঐ মতম খরা কারাংদা অহল লমম্না থনম্বা লৌরি য়ুম্ফমদু য়েংশিন্নুখিগে। মণ্ডলগী থবকসি ইচেনা পুবিবগী পুবিবা মতম খরগা পুবিহৌখো।

ইবেচাউবী ঃ (শুক্লা)
করিনোনে থাদোই চাননা চৎলগে হায়রিবরনে?

থাদোই ঃ সিদসু ঙম্বমখৈ হোৎনজরম্মে। আদসু খরদংদি পাঙথোকপা ঙম্রা য়েংজরুগে।

ইবেচাউবী ঃ নঙ য়াওদ্রবদি ইচেমনা করিবু তৌবা ঙমগদগেনে।

থাদোই ঃ ঐসু মরক মরক্তা ময়ামগী মতেং পাংজরনি ইচে।

(৩০)

সিন - ৩০

মফম ঃ তোর্বুং, লৈহাউগী য়ুম, ইমুং।
*(মনেতোনগী ফমুং য়েংদুনা থাদোই কপ্পি। হীক হীক কপতুনা চৎননবা পোৎ য়োমশিল্লি। মখোয় থাংঙমদনা মপাল থোকখি।)*

ঈশৈ

পলেম নঙবু নুংশিবী
করম থাদোক্রসিগে নচানা
নতম্বাক্তা শাৎচরকপী
নকাইকাদা চাউজরকপী
য়োকচবী ইমা
ইমা নঙবু
থাদোকলম্বা তারবোই
বারৌগনুকো পলেম-ও।

মীনোক মৈশা লাংদলম
লোক্তাক লৈমা মশাইগোল
খাঙলুরগে লাঙোনসিমা
পলেম খাইনা মৈচাকসে।

তম্বা নঙবু নুংশিবা
চৎলমদাই ৱাংলেনসিদা
পাম্মু চেংলৌসু উজবা ফংদরে
নোংদম থীবি ননাওদি
লাঈরকোন্দা শাংপী লৈরাং ওইবনা
হন্দক লাঙোলসিমা
মপোক মহয় য়ান্নমু তম্বীরম্নবোই।

লোক্তাক লমলেন্দি লমনুংশি
ইপাম লমদমদি লমনুংশি
পালেম পম্বৌ লৈরম্লোই খল্লুবা
পায়মা পিবুক খোইরাংঙি
লাইবক চাউবী ঐহাকসে
নোংদম থীনসু তম্নম্মীদা
পায়মা পিবুক পিখম্নরে।

**উৎশিল্লকপা ঃ-**

(ক) কম্যুনিটি হোলদা থাদোইনা অরোইবা ওইনা অমুক্তুং য়েংলম্নগা চৎখি।

(খ) ইবেচাউবীনা থাদোইবু লোক্তাক খোঙবান্দা থিন্দোকপা। থাদোইগী মপন্না হি অমদা ঙাইদুনা লৈরম্বা। অরোইবা বিদায় তৌনরগা ইবেচাউবী লোক্তাক মপান্দা থাদোইবু য়েংদুনা লৈহৌই।

## (৩১)

**সিন - ৩১**

**মফম ঃ** কারাং।

*(থাদোই কারাংদা থুংলৈ। হিথাংকমদগী মাগী পোৎয়োমশিংদু পুদুনা ময়ুম তম্না চৎখি)*

(৩২)

সিন - ৩২

মফম ঃ কারাং।

*(থাদোইনা কারাংগী মফম খুদিং কোয়না চৎতুনা য়েংঙি। থাদোইনা কারাংগী অমদি লোক্তাক্কী উরিবা ফজবা খুদিং অয়েংবসু স্ক্রিন্দা উরকই।)*

(৩৩)

সিন - ৩৩

মফম ঃ কারাং।

*(কোকঙাং, কোনদুম, কোবা মখোয় অহুম মু য়োনফমদগী হাইরং হাইরং থোরকই। কোবনা ফক অমা কোল্লকই। চীংখোঙ অমদা ফক্তু থাদুনা ফমথে।)*

কোবা ঃ হিদাক অরেম্বসি সুরাইদা লোইশিনখিসিশে।
(অহুম্মক ফমথৈ।)

কোন্দুম ঃ গিলাসতি য়াওদনা।

কোবা ঃ ঐঙোন্দা য়াওরিসে। শক্তা নুংশিদনা য়েপশিললকপনি।
ঐঙোন্দা মারিনবা ঙাসু য়াওরিসে।
(পুথোক্লুনা থম্মী। কোন্দুমনা অমা লৌথোক্লুনা চায়।)

কোন্দুম ঃ এ ... মুনসু মুন্দনা।
(ফ্রু ফ্রু কামথোকই।)
কোবা ঙাসি মুন্দে। শম্বল্লা কৈনোমা শংলকউ।
(কোবা হৌগৎকে তৌবদা কোকঙাংনা চিংথে। তানজাসিদা থাদোই লাকপা উই। মখোয় উবদা থাদোই কিরপ তৌই। মখুত্তা পায়বা বোই তাখি। খুনগৎলগা হোবে হোবে চৎখি। মখোয়না য়েংহৌই।)

কোকঙাং ঃ কনানো অসে?

কোবা ঃ হেরা তোর্ববুংদগী সিদা হোংলকপনি। খুরা তেম্বগী মচানি।

**কোন্দুম ঃ** পামব্রাও ? পাম্মগা ঐ ফাবিগেনে।
(হৌগৎলগা চৎকে তৌই। কোকঙাংনা খোঙচেপ হায়দুনা কোন্দুম তুথখি।)

**কোকঙাং ঃ** সিগুম্বা থবকসে ঐ পামদে। ঙরাংসু নঙনা মীগী মচানুপীদু কোয়রগা মবুংদু ফুরুই।

**কোন্দুম ঃ** অদুদি শক্তাদুনা অফাও শাজিল্লকপদুদা পাক হেক্তা থাজিনবনি।

**কোকঙাং ঃ** মরাল লৈতবা, মখুৎ হনবা ঙম্লরোইদবা মীদা খুৎ থাবা অদুগুম্বা লমচৎতু ঐ পামদে।

## (৩৪)

সিন - ৩৪

**মফম ঃ** কারাং।
*(থাদোইনা কারাংগী মীশিংনা পাঙথোকপা য়াবা থবক ইনখাং য়েং শিল্লি। নুপী ময়াম ফন্নম্মী। থাদোই চঙলকই।)*

**থাদোই ঃ** ইনেহোই, ইমাহোই লোইনা লৈবিরম্মেদনা।

**নুপী ১ ঃ** লেঙশিল্লু ইবেম্মা।

**থাদোই ঃ** ইমাহোই, ইন্দোনহোই ঐখোয় নুপী ময়াম্না পায়-খৎপা য়াবা থবক খরা পায়খৎসি হায়দুনা লাকচরিবনি।

**নুপী ২ ঃ** মদুনি ইবেম্মা ঐখোয়না পামলিবসু।

**থাদোই ঃ** ময়ামদা ঐ রাফম অমতা হায়জগে। সরকারনা হৌজিক খুঙ্গংগী নুপী অঙাংশিংগী চাউখৎ থৌরমদা য়াম্না হেন্না পুক্নীং চঙবিরক্লি। অনৌবা থৌরম অমা পায়খৎলক্কদৌরি। মদুগী মরমদা ময়ামদা হায়জগে। ঐখোয়গী মণ্ডলসিগী মনুংদগী খরা মশা খীংবা থবক ঙম্বা নুপী য়ামদ্রবদা ১৫ য়াম্লগনা ২০ না কাঙলুপ অমা শেম্বা তারে। হায়রিবা কাঙলুপ অসিগী মনুংদগী লুচিংবী অমা খনগনি। মাগী লমজীং মখাদা ঐখোয়না থবক পাঙথোক্কনি। ঐখোয়না শেন থোকপা য়াবা থবক্লা হান্না পায়খৎপা তায়। থবক অমা শেল থোকনবা পায়খৎপা তারবদা শেল্লেপ চঙগনি। হনবা লৈতনা নোম্বা চঙগনি।

**নুপী ১ ঃ** চুম্মি চুম্মি ইবেম্মা।

**থাদোই ঃ** অদুনা ঐখোয়না সরকারদা শেল্লেপ ওইনবা তেংবাং নিবা তায়। তেংবাংদি পুন্না লুপা লীশিং ৫০০০ দগী ১০,০০০ ফাওবা ফংগনি। তৌবতদি ঐখোয়গী খুঙ্গং অসিদা মচাক মথুম ফংবা, পোৎ পুথোক্লগা মদু য়োন্নবা কৈথেল ফংগদবা থন্নবা তায়। অমা অনীতনা হোৎনরগদি ওইরোই। ঐখোয় পুন্না হোৎনমিন্নগদবনি। ময়াম থবকসি পায়খৎপা য়াবিরেকো।

## (৩৫)

সিন - ৩৫

**মফম ঃ** কারাং, থাদোইনা লৈরিবা য়ুম।
*(নোংয়াই লাকই। থাদোইগী য়ুমদা থাদোই! থাদোই! কৌদুনা ইমুং চঙলুই। কনামতা খুমলক্লবদগী অমুক থোরকই। নাক-য়েৎ কোয়না য়েংঙি উদে। থাদোইবু থিরকই।)*

## (৩৬)

সিন - ৩৬

**মফম ঃ** কারাং, লোক্তাক খোঙবান।
*(থাদোই ঙা ফারুবদগী হল্লকই। হিদা পোৎ লোইশিল্লিঙৈদা নোংয়াই লাকপা উই। নোংয়াইনা হান্না কৌরকই।)*

**নোংয়াই ঃ** থাদোই!

**থাদোই ঃ** হাইমা! তায়াই থাজদনা লাকএদা। কয়াম কুইরে?

**নোংয়াই ঃ** কুইরে ঙসাইদৈনি। নঙবু থিরকপনি।

**থাদোই ঃ** (পোৎ লোইশিল্লগা)
য়ুম চঙঙুসি লাউ।

**নোংয়াই ঃ** নঙ ঙা ফাবকা চৎলব্রাও?

**থাদোই ঃ** সিদদি ঙা ফাদ্রবদি কৈদৌনি।

নোংয়াই ঃ ঙাদি কয়াম ফারকই?

থাদোই ঃ ফারক্কেদা! মগুলগী নুপী ময়াম ঙা ফাবা য়াওরুবনি। ময়াম না-য়েক্কেদনা। ইচেচৌদি কমদৌরি?

নোংয়াই ঃ নুংঙাইহিরি। মহৌশাই মহৌশানি। ময়ামগী অরাৎপা হায়রবু নঙ সিদা লৈখিবসিতনি।
(য়ুম য়ৌশিল্লকই। মাঙ্গোল কাখৎলি। নোংয়াই ফম্মি।)
নঙ নহাল ডি.সি., ওফিসতা লাক্রম্মী হায়। ঐসু ঙরাং চৎলুই। নঙগী দোকান হাংবগী পার্মিটতু য়ারবনি।
(চে অমা লৌথোক্লুনা থাদোইদা পী।)

থাদোই ঃ হাইমা! অওইবরনে? ফরেদা।
(হরাওনা নোক্লুনা চে লৌই)
ময়াম পুন্নমক লোইনা হরাওনরনি। তায়াই চাক চাগ্রসি। হাওদি হাওরেই।
(হৌগৎখি। চাকখুমদা চঙখি।)

## (৩৭)

সিন - ৩৭

মফম ঃ করাং, থাদোইগী য়ুম, চাকখুম।
*(থাদোই চাক থোংই। মনাক্তা নোংয়াই ফমদুনা লৈ।)*

থাদোই ঃ তায়াই! ইনম্মহোইদি না-য়েক্কেদনা?

নোংয়াই ঃ খঙদেদা মাসু মানা থোকপা, ঐসু ঐনা থোকপা পংলে মরে।

থাদোই ঃ করিগীনো? ইনম্মবু লুনা তৌবিবা য়াদ্রো?

নোংয়াই ঃ রা অমা ইকাউবু কাউরুরে। নোই য়ুমদো মগুলগী ওফিস ওইরে। ময়াম্না শেমজিন্দুনা য়াম ফজরে। নঙগী কাদুনা লাইব্রেরী ওইরে। ঐসু মরক মরক্তা চৎলি।

থাদোই ঃ তায়াই! ঐহাক তশেংনমক তোর্ববুং থাদোকনীংদবনি। অদুবু ইপলহোইনা সিদা লৈহন্নীংবগা ইনেতোম্নসু হায়রম্বগা ঐ সিদা লাকপনি। ইচে-চৌখোয় ময়াম উনদবসে ঐ য়াম নুংঙাইতে।

(৩৮)

সিন- ৩৮

মফম ঃ কারাংগী হিথাংফম।

(ক) নোংয়াইনা হিদা পোৎচৈ পুদুনা লাকই। থাদোইনা চিংদুনা ময়াম নোংয়াইবু ঙাইদুনা লৈ।

(খ) নোংয়াইগা থাদোইগা মীয়ামদা চেঙ হৱাই য়েল্লি।

(গ) হিথাংফমদা থাদোইনা নোংয়াই থিন্দোকই। মখুৎ হাইনদুনা বিদায় তৌনৈ। কোকঙাংনা চীংদোনদগী য়াম্না চাক্লা মখোয় অনীগী মতৌ য়েংহৌই।

(৩৯)

সিন - ৩৯

মফম ঃ করাংগী চীংয়া।

*(কোকঙাং, কোন্দুম, কোবা য়ু থক্লগা বারী শাম্নরি)*

কোকঙাং ঃ (মথৱাই নুঙোইতনা)
থাদোইখোইদা নুপা অমা ইতৎ তৎতনা হেক হেক লাকইসি কনানো?

কোবা ঃ তোর্ববুংদগীনি মমিং নোংয়াই কৌবনি।

কোকঙাং ঃ তোর্ববুংদগী। থাদোইগা মাগদি করি থোক্লরিবা?

কোবা ঃ হাম্নদগী খঙনরকমাগ্নে। নুপীসু থিরবনিদা।

কোনদুম ঃ নুপী লৈরবা। অদুগা মানা সিদা অফাও শাররিবা।

কোবা ঃ খুনগী য়েন্নবা পোৎচৈসু মানা হেক হেক পুরকইনে। অদুবুদি করি হায়নি তা-কোকঙাং, মশুংলাংগীনিনে মশুংলাংগী।

কোন্দুম ঃ অদুবু হেক য়াৱ্রনে? ঐখোয় লৈরিসি উশিংতবৈ বানেবা।

কোকঙাং ঃ মানা ইতৎ তৎতনা লাকইসিনদি করিগুম্বা মরী অমদি থোক্লরম্বা তাই।

কোন্দুম ঃ ভায়নবু থাদোই পাম্লবদি মাগুম্বনা কয়াম কুইনা লাকপা ঙমগে য়েংসি। হিদাক লিকলি অমতৈ বানে।

কোবা ঃ হেরা কৈসু লৈতবানিসে। হিদাকসিদুম লোইশিনসি।

(৪০)

সিন - ৪০

মফম : করাং, কোকভাংগী য়ুম।
*(কোকভাং ইমুংদগী ফি ফি কামদুনা থোরকই।)*

কোকভাং : লুপা ১০ দং পীয়ু হায়বদা বা'সুক য়াম্নবা। মী খ্বাইদৌনা য়াম্না তানবসু নত্তে।
(ময়াম্বা কোত্থোংদগী চঙলকই)

ময়াম্বা : করিগী পৈশানো। মুমিৎ চুপ্পগী পৈশা পৈশা। শেল থোক্লবা থবক অমতা ভৌগেদি খন্দে।

কোকভাং : ঐবু করি ভৌ হায়রিবনো তাচৌ। ঐনা বি.এ. তমলুরিসিবু পাংতা কুমদুনা ভা ফানবরাও?

ময়াম্বা : থবক ফংদ্রবনিনা কুমতারেদনা। ঐখোয়না নোংভানবদৈ ইশাসি ইশং কামখৈ শুনোমলিসিবু নখোয়দি তৌহৈদ্রাও?

কোকভাং : অহননিনা খরা রা ভারেদনা।

ময়াম্বা : করি? নহান্দসু মীগী নুপী ফাবা য়াউরুই হায়দনা ননমদু তৎমখৈ ফুবিরকপা। ইরলসু কোগোক কোকমখৈ তিংবা। শন ভাওরে শনবু থি, হুই ভাওরে হুইবু থি। অহননিনা ইথক্তা হেক মতাবা।

কোকভাং : অদো ঐখোয়দি য়াওবিদর্বনিনা থাদোরকইসিঙাই।
(ভাঙনা ভাঙনা মুরুম মুরুম শোম্না থোকখি।)

(৪১)

সিন - ৪১

মফম : কারাং চৎপা লম্বী।
*(নোংয়াই জীব অমা থৌদুনা য়েম্নবা পোৎচৈ পুদুনা লাকই। কোবা অমদি কোন্দুম নোংয়াই লাকপা লম্বীদা লুমদুনা ভাইরি। নোংয়াইনা মনাক য়ৌশিন্নকপদা অনিদু থোরক্লনা গাড়ী খাম্মী।)*

**কোবা ঃ** কদাই য়ৌদোইনো?

**নোংয়াই ঃ** কারাংদা।

**কোবা ঃ** অমুক্তা কুমথরকখো।
(নোংয়াই কুমথৈ।)
কারাংদা কৈদৌবা চৎতোইনো?

**নোংয়াই ঃ** ঐ ময়ামগী পোৎচৈ থিল্লুগে তৌবনি।

**কোবা ঃ** নঙগীসিবু অফাও শারিবাইদুরও?

**নোংয়াই ঃ** হেরা।
(হায়রগা কোববু ইন্থুই। কোন্দুমনা চৈতুপনা নোংয়াইগী মকোক্তা থাই। নোংয়াই তুখি।)

## (৪২)

সিন - ৪২

**মফম ঃ** করাং, থাদোইগী য়ুম।
*(নুপী অমা হাথু হাথুনা ইচেথোই ইচেথোই কৌদুনা চেল্লকই। থাদোই তাবদা থোরকই।)*

**নুপীমচা ঃ** ইচেথোই! তানোংয়াইদো মীনা মকোক থুগাইবিরে শোক্তুনা লৈহৌরেয়ে।

**থাদোই ঃ** (য়াম্না পাখৎনা )
কদায়দা? করিগীনো ?

**নুপীমচা ঃ** চীংখাদা।
(থাদোই ইমুং চেনসিনলুরগা ফি ইন্দুনা থোরক্লগা চেনখি।)

## (৪৩)

সিন -৪৩

**মফম ঃ** কারাংগী হিথাংফম।
*(থাদোই চেল্লকই। মানা চেল্লকপদু কোকজাংনা য়েং লৈহৌই। নুপীমচা অমা হিথাংফমদা হিদা ফমদুনা লৈরম্মী। )*

**থাদোই ঃ** ইবেম্মা! চীংখাফাওদা চৎলুসি।

**নুপীমচা ঃ** ইচে ঐ চাক থোংদৌরিয়ে।

**থাদোই ঃ** হাই কোন্না থোংঙো। অথুবনি।
(হিদা চোংখৎলি। হাথু হাথু হোনমিন্নখি।)

**(৪৫)**

সিন - ৪৫

মফম ঃ **তোর্ববুং।**
***( নোংয়াই শোকপগী পাও তারকপদগীপাকপী ইপাপাখৎনা ইবেচাওবীগী য়ুমদা পাও তম্বা চেনশিনখি।)***

পাকপী ঃ (য়ান্না থরূৎনা )
ইচেচৌবী ইচেচৌবী! তা-নোংয়াইদো মীনা মকোক থুগাইবিদুনা মোইরাং ডাক্তরদা পুখৎলকই হায়য়ে।

ইবেচাউবী ঃ হা! নোংয়াইবো।

**(৪৬)**

সিন - ৪৬

মফম ঃ **মোইরাং, ডাক্তরশঙ।**
***(থাদোই মোইরাংগী ডাক্তর শঙদা চেনশিনখি। ডাক্তর অমা ফমলম্মী)***

**থাদোই ঃ** (ইফিং ফিংনা)
ডাক্তর! ঙশাই অশোকপা অমা পুখৎখিদুবু কদায় লৈগে?

**ডাক্তর ঃ** করম্বনো ইবেম্মা? থাঙ্গরোমগীদুরাও?

**থাদোই ঃ** মান্নি ডাক্তর।

**ডাক্তর ঃ** ডিসচার্জ তৌখ্রে। ময়ুমদা পুথখরে।

**থাদোই ঃ** কয়াম থীনা শোকখিবগে?

**ডাক্তর ঃ** কোক্তনি। মাইনার ইনজুরিদা মচা অমতং লৈবনি।
শিরিয়স কেশ নত্তেদা।
(থাদোই ডাক্তরশঙদগী থোকখি।)

(৪৭)

সিন- ৪৭

মফম ঃ তোর্বুং, নোংয়াইগী য়ুম।
*(মকোক্তা বেন্দেজ য়েংলদুনা নোংয়াই ফম্মুংদা হিপ্পি। মমানা মনাক্তা ফমদুনা সেবা তৌরি।)*

মমা ঃ সিনিদো। হায়বা ইন্দ্রবদি থোক্রকখিগদবনি সিগুম্বসে খঙভেদনা। মমানবু মচাগী ফত্তনবা শীনবা হৌনবরাও ? হৌজিক্তি ঐগী চিনথক্তা পোপ তারক্রিবসিনী। ঙম্বু ঙম্মীনে নৈশাবী মানা ময়ুম পাল্লবা নুপা অমবু ...।

(৪৮)

সিন - ৪৮

মফম ঃ তোর্বুং, নোংয়াইগী য়ুম।
*(থাদোই নোংয়াইগী য়ুমদা চঙলকই। নোংয়াইগী নুপী ইবেয়াইগা থেংনৈ)*

থাদোই ঃ করিগুম্বা মতা হংজগেবা।

ইবেয়াই ঃ করি থবক্কী ওইরবনো ?

থাদোই ঃ ঐগী মিং থাদোই কৌজে। তায়াই শোকই তাবদুদা . . .।

ইবেয়াই ঃ ঐবু কয়াম কুইনা ওৎপীখিগদগে ?

থাদোই ঃ (হিকাই নুংশি য়ান্নবা মমায় লুকথদুনা)
ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে।

ইবেয়াই ঃ ময়ুম পাল্লবা নুপা অমবু কোইচেন চেন্নবীরবদি য়ুমগী নুপীগী ফিভম করি ওইবা হৌনবগে খঙবিদবরা ?
(মতমসিদা নোংয়াইগী মমা থোঙজিন ময়াদা পরদার হাইদোক্লুনা য়েংলকই।)

নোংয়াই ঃ (ইমুংদগী)
কনানো ইমা চঙহল্লকউ।
(থাদোই চঙলক্লগা নোংয়াইগী ফম্মাংদা মোরা অমদা ফম্মী।)

নোংয়াই ঃ থাদোই।

থাদোই ঃ তায়াই! কয়াম থীনা শোকই?

নোংয়াই ঃ য়াম থীনা শোকপা নত্তেদা।
(মমা কৌই)
ইমা! থাদোইগী চা গ্লাস অমদা লোনবীরকউ।

থাদোই ঃ য়ারেদা তায়াই!
(ইবেয়াই চা লোনবা চঙখি।)
তায়াই, তায়াইনা ঐগীদমক য়াম ৱাবিখ্রে। ঐনা তায়াইগী লমন শিংবা ঙমগনি থাজদ্রে। তশেংবমক তায়াইনা ঐবু নচনমক্নি খনবিরবদি ঐনা হায়জবা য়াবীয়ু!

নোংয়াই ঃ করিনো হায়য়ুনে।
(মপান্দা মমাগা ইবেয়াইগা লুমদুনা তারি।)

থাদোই ঃ তায়াই ইনম্মবু নুনা তৌবিয়ু। নুপা অমগী সেবা তৌগনি হায়দুনা লাক্রবী নুপী অমবু মপুরোইবনা থৌওইবিদবা হায়বসে নুপীওইবীশিংগীদি খাংঙমদ্রবা চৈথেংনি হায়নৈ। তায়াইনা ইনম্মবু থৌওইবিদ্রবদি মীনা লান্না লৌনরনি।
(থাদোই হীক হীক কপ্পা হৌরকই।)
মসি মখক্তনি ঐনা হায়ঙনিংবা। ঐনা নীংজবসি থুংহনবিয়ু।
(মমায় ফিনা খুমদুনা কপ্লী)
(মপান্দা মমাগা ইবেয়াইগা ৱারী তানা-তানা য়েংনৈ. ইবেয়াই চা পুদুনা চংশিল্লি। থাদোইদা চা পী।)
(থাদোইনা ইবেয়াইদা ওনশিনদুনা)
ইনম্মা! ইনম্মদা ৱা অমত্তা হায়জগে। মপুরোইববু পেলহনবা হায়বসে নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি অথোইবা ধর্ম্মনি হায়নৈ। তায়াইগী পেন্নবা ইনম্মানা খরা হোৎনবীয়ু।
(মমাদা ওনশিনদুনা)
ইমা তায়াই কৈসু থোইদোকপা তৌদ্রবনিনা ঐ অমুক য়ৌজরগে।

মমা ঃ ইবেম্মা কৈসু চা থক্ত্রেদো।

ইবেয়াই ঃ ঙাইখোও! চাক চাগ্রসি।

**থাদোই ঃ** ঐনা চৎকদৌরি লম্বীসি য়াম শাংঙি। কোম্না অমুক উনরসি।

**মমা ঃ** ফরে ফরে ইবেম্মা! ইমা থিন্দোক্নে লাউ।
(কোম্নোংফাও মমানা থাদোইবু থিন্দোকখি।)

(৪৯)

সিন - ৪৯

**মক্ষম ঃ** *লোক্তাক খোঙবান।*
*(ইবেচাওবীনা থাদোইবু লোক্তাক খোঙবান্দা থিন্দোকই।)*

**থাদোই ঃ** (থাদোই হিদা কাখৎলি ।)
ইচে, ঐ অমুক য়ৌরগে।

**ইবেচাওবী ঃ** চৎলো চৎলো ইবেম্মা। তোর্ববুং কাউনুকো।

(৫০)

সিন -৫০

**মক্ষম ঃ** কারাং।
*(চীংদোং অমদা কোকঙাং ফমদুনা লৈ। ময়াম্বা লাকই।)*

**ময়াম্বা ঃ** হায়! অদুদা কনা ফুগে হায়দুনা লুমলিবনো। হন্দক্তিনে হায়বিদে হায়নি। ইনাওনি কাইনা য়েংবৈ বা লৈতে। হৌজিকপু নোই কনানা কনগে য়েংসেবা। ঙম্বু ঙম্মিনে ... ময়ামগী থবক তৌরিবা মীবু ফুরিবা নোইবু।
(ঙাঙনা ঙাঙনা চৎখি। লম্বীদা শাউনা গপ গপ মখোঙ থাংদুনা চৎলি।)

(৫১)

সিন - ৫১

**মক্ষম ঃ** কারাংগী চীংয়া অমা।
*(কোন্দুম, কোবা চীংচেপ অমগী ময়াদা য়ু ঙাওদুনা তুমুনা লৈ। কোকঙাং লাকই।)*

**কোকভাং ঃ** নোই নোংয়াইদা কৈদৌরুই?

**কোন্দুম ঃ** (ঙাউদুনা)
হেরো অফাও শারকপদুদা থাক থাজিনবনি।
(কোকভাংনা কোন্দুমবু মশা শাগল লাক্তুনা চিংদুনা পুখি।)

## (৫২)

সিন - ৫২

**মফম ঃ** **কারাং, থাদোইগী য়ুম।**
***(থাদোই ফি লৌশিন্দুনা লৈরি। মপন চঙলকই।)***

**মপন ঃ** ইবেম্মা! নহান নোংয়াই ফুরম্বা নুপাদো ফারে।

**থাদোই ঃ** কোকভাং হায়দুরো?

**মপন ঃ** ময়াম্না চিংনরম্বা কোকভাং হায়দু ওইরমদ্রে। মাগা তিম্নবা সালাম মনাওগী মচা কোন্দুম হায়দু ওইরম্লে। কোকভাং মশামক্তা ফাদুনা খুন্দা শিন্নররে। ঐসু খুন্দিন্নবা ঙাইহাক য়াওরুবা তারি।
(থাদোইনা ঙকপা।)

## (৫৩)

সিন - ৫৩

**মফম ঃ** **কারাং, থাদোইগী য়ুম, নুমিদাং।**
***(কোকভাং য়ু ভাওরপ, হাইরং হাইরং থাদোইগী য়ুমদা লাকই।)***

**কোকভাং ঃ** থাদোই! থাদোই!

**থাদোই ঃ** (ইমুংদগী)
কনানো? কনা ওইরবনো।
(থোঙজিন্দা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈ।)

**কোকভাং ঃ** থাদোই, ঐবু লান্না লৌগনু। ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা রাফম অমতা শেং দোক্কে লাকপনি। নত্রবদি ঐবু নঙনা য়াম লান্না লৌখিবা তারে।
(থাদোই খনজাননা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ।)

কিগনু। ঐ নঙোন্দা করিগুম্বা অমখক হায়নীংদুনা লাকপনি। ঐ অমুক্তা চঙলক্কে।

**থাদোই :** (খর কুইনা খল্লগা)
য়ানি। লেঙশিনবিরকউ।
(মোরা অমা থাই। কোকঙাং মোরাদা ফমথে।)

**কোকঙাং :** থাদোই! ঐবু লাম্না লৌগনু। নোংয়াইগী মতাংসিদা ঐ নঙোন্দা ৱাফম অমত্তা শেংদোকনীংদুনা লাকপনি।

**থাদোই :** করম্বা ৱাফম ওইরবনো?

**কোকঙাং :** (ঙহাক খল্লগা)
নোংয়াইসি নহাক্কী কনানো?

**থাদোই :** করিগীনো?

**কোকঙাং :** নঙনা মহাকপুদা নীংবা ওইরবদি ঐ ৱাহংসি পুন্সীসিমগী হংলরোই।

**থাদোই :** (পাউখুম পীদনা তুমিন্না লৈ)

**কোকঙাং :** থাদোই ঐ অমুক লোৎলরোই। ঐ নহাকপু তশেংনা নুংশি। মসিদা নহাক্কী ৱাখল করিনো?

**থাদোই :** (কুইনা খল্লগা)
অদো, য়ু থকপা, ফত্তবা চিঙ্গাক চাবা মসিবু থাদোকপদা য়াম্না ৱানা থোকপা জাৎলা?

**কোকঙাং :** মদুসু ঐনা হংনীংলিবা ৱাহংসিদা নঙনা পীরক্লদৌরিবা পুউখুমদুগী মখা পোল্লি।

**থাদোই :** ৱাহং অদুগী পাউখুমদি খুদম ওইনা উৎপীরবা মতমদা ফংবিগনি।
(তানজাসিদা মপান্দগী মীয়াম্না - কোকঙাং হাৎলু, ফুরো, থোরকউ হায়বা খোল্লাওনা পুমনিন নিল্লি।)

(৫8)

সিন - ৫8

মক্ষম : করাং, থাদোইগী সুমাং।
*(কোকভাং ইমুংদগী থোরকই। ময়ামগী খোম্লাউ তাবদা দারি মপান্দা লেপ্পুনা লৈ। থাদোইসু ইমুংদগী চেম্থোরকই।)*

থাদোই : ময়াম পুম্নমক অমুক্তা ভাইবিখো। ঐগী বাসি হান্না অমুক্তা তাবিখো। মানা ঐঙোন্দা করিমত্তা অকায়বা চত্তে। মাবু ফুবিগনু। ঐনা হায়জবসি অমুক্তা তাবিয়ু। মাবু শোকপীগনু। (লাউরম্বা ময়ামদু তুমিন নৈনখি। অমমম অনীনি তপ্পা তপ্পা থোরুখি)

(৫৫)

সিন - ৫৫

মক্ষম : কারাং, লোক্তাক খোঙবান।
*(বি.ডি ও. হি তোংদুনা লাকই। ঈন পুরকই। থাদোই হিথাংফমদা ভাইদুনা লৈ।)*

থাদোই : স্যার য়ৌবিরকএদনা।

বি.ডি ও. : থাদোই! ঐদি পাউ ফংলম্নরোইদরা হায়দুনা নুংশা থিরম্নবনি। অদুদা নঙনা খুড়া থারক্তুনা ঐবু ওকহল্লবসি য়াম নুংঙাইরে। নখোয় মণ্ডলগী ইন পীগদবা লৈবনে ঐনা লমসি অমুক্তগা য়েংনীংবনে ইশামক হেক্তা লাক্রবনি।

থাদোই : য়াম নুংঙাইজরে স্যার! ঐখোয়না পায়খৎচরিবা থবকশিংসি স্যারবু অমুক্তং য়েংহনজনিংদুনা লৈরম্নিবনি।

বি.ডি.ও. : নঙনা তাম্নকপা ঈন মসীংদুদি শুদ্রে। অহানবগী ওইনা ঈন ৩০ দং পুরকপনি। নখোয়গী মণ্ডলগী থবক ফজনা তৌবগী রিপোর্টশু ফংঙি। মতুংদসু সরকারগী মায়কৈদগী অঙম্বা মতেঙ পীনবা হোৎনরক্কে।

(৫৬)

সিন - ৫৬

মফম ঃ তোর্বুং, ইবেচাউবীগী য়ুম।
*(ইবেচাউবী পুম্রি মপান্দা কি ওদুনা লৈ। মথবাই নুংঙাইবা মান্দে। পাকপী ঈশিং শোকপা লাকই।)*

পাকপী ঃ ইচেচৌবী! ইচেথোইদুবু অসুক কুইরফাও লাক্কিসিবু কৈদৌরগে লাকঅরোইদ্রাও?

ইবেচাউবী ঃ খঙদেদা ইবেম্মা! নোংয়াইনা তম্ববু মাসু আদা মহিলা মণ্ডল লিংখৎ-খোৎখৎতুনা য়াম কন্না হোৎনরি হায়।

পাকপী ঃ ইচেচৌবী! প্রধানগী মমৌনুপীদুনা সেক্রেটরি ওইরে হায়না।

ইবেচাউবী ঃ মখোয়নবু করি থবকপু তৌরুগবনোদা। ইবেম্মা মশাগীতা ওইজবা থিবা কাঙবুনি।

(৫৭)

সিন - ৫৭

মফম ঃ কারাং হিথাংফম।
*(কোকত্রং হিদা মীয়ামগী পোৎচে পুরকই। ময়াম্না মাবু ওকই। কোকত্রংগা থাদোইগা ময়ামদা পোৎ য়েন্নি।)*

(৫৮)

সিন - ৫৮

মফম ঃ কারাং।
*(নুপীময়াম মিটিং তৌরি। থাদোই চঙলকই।)*

## (৫৯)

সিন - ৫৯

**মফম ঃ** **কারাং, থাদোই য়ুমগী হিদেনতাকম।**
***(কোকঙাংগা নোংয়াইগা অথাপ্পদগী বারী শাদুনা লাকপা উই। থাদোইগা হিদেন তাকমদা থেংনৈ।)***

**থাদোই ঃ** (ঙক্লা)
হাইমা! তায়াইগা তা-কোকঙাংগা কমদৌনা! থাজক্রদ্রেদা।

**নোংয়াই ঃ** ঐখোয় অনী নঙ ননাক্তা লাক্লিবসে থাদোই!
(বারী শানা শানা মখোয় অহুম চীংদোংদা হাইগৎমিন্নরকই।)

**কোকঙাং ঃ** ঐখোয় নুংঙাইমন্দ্রদুনা।

**থাদোই ঃ** (মখোয় অনীগী বাদু তাবদা থাদোই খঙহৌদনা মপুক্লীংদা তয়াং-তশোইবা অমা ফাওরকপগুম তৌই।)
কৈদৌরবা?

**নোংয়াই ঃ** নঙ নুপীমচানি। নতোমতা লৈবসে ঐখোয় নুংঙাইতে।

**কোকঙাং ঃ** অচুমবনি থাদোই।

**নোংয়াই ঃ** হৌজিক্তি শেংনা হেক্তা হায়দোক্করসি। নঙগী নপুক্লীংনা খোয়দাবা কনাগুম্বা লৈরবদি ঐখোয় অনীনা নবুং শক্লুনা মঙোন্দা থাজবা পাম্মী।

**কোকঙাং ঃ** নঙনা নতোমতা লৈবসে মীনোক চঙলক্কনি!

**থাদোই ঃ** (থম্মোয়নুংগী মৈচাক পুম্বা ফাজিন্নগা।)
তায়াই! তায়াই নত্রনে নচন ঐবু তাইবং থৌগলদা থবায় কৎথোকউ হায়না থাজহনবিখ্রগা ঙসিনা করিগী অমুক ঐবু ইমং অনীশু তাকপীরিবা?
(হীক হীক কপলকই কোকঙাংদা ওনশিনদুনা)
তা-কোকঙাং। তাদসু য়াওনা ঐবু মীয়ামগী সেবাদা থব্রাই হকচাং পুন্নমক কখোকহনখ্রবা নত্রা? অদুগা হৌজিক্লা ...।
(থাদোইগী মনিং-মমাং থৎপা পাউখুমদা মখোয় অনীগী মখা তানা হায়নীংঙাই করিসু লৈত্রমানে তপ্না তপ্না মখোঙ থাংদুনা হিথাংফম তমখ্রে। থাদোইনা ব্রারৌরবা থম্মোইবু ফাথজে, মখোয় অনিনা চৎখিবা মায়কৈরোমদা নিঙমদা লেপ্লুনা য়েংহৌই।)

## ঈশৈ

পোন্নগা লোক্তাক লাইজ ইরেলথক
লৈশাং তমখিবী লমলেন তোৰ্ববুং
খুগা নানবী তোৰ্ববানথক
অপাম নুংশি লম্মাংনবা।

নুংগুন থম্মোয় কায়খরেদো
করম্বা নোংদমখোন ওইবনো
পাম্মুইদা পাম্মুখরেদা,
পাম্মুইদা পাম্মুখরেদা
হো কল্লকইদা কল্লকই হো কল্লকই।

লোক্তাক লৈমগী মমোমলোয়
নপাম পোইরৈ পাংখরো
রাংলেন ওইরে খোঙরাইবা।

নোংদম থীবী মপোক ওইবনা
হন্দক লাঙোল অসিমগীদি
তাইবং থৌগল ফংজবনা
হো ওইরোকো পুন্নী লম্বী
হো ওইরোকো নঙগীদি ।।

- লোইরবা -

***Written & Published as Book form (1950-2001)***
**by Khaidem Pramodini Khanganba**

Kwakeithel Thokchom Leikai, Imphal, Tel. 221446

| Sl. | Title of book | Particular | During |
|---|---|---|---|
| 1. | **Kabi Tarpan *** | Poetry (compilation) | 1950 |
| 2. | **Nuja Phidam *** | Story | 1957 |
| 3. | **Angang-gi Anisuba Anouba *** | Text book (Class B) | 1958 |
| 4. | **Punshi Meira *** | Short Story (compilation) | 1958 |
| 5. | **Leimarol *** | Short story (compilation) | 1958 |
| 6. | **Thaba *** | Film script | 1983 |
| 7. | **Langlen Thadoi** | Film script | 1984 |
| 8. | **Khorjei-gi Manglan** | Poetry | 1984 |
| 9. | **Loijing Loiya Sheireng-lei** | Poetry | 1984 |
| 10. | **Thingel Laija Iraokhol** | Poetry | 1984 |
| 11. | **Palem Leipakleima** | Short story | 1984 |
| 12. | **Ima Khulakpi-gi Nongang Heido** | Short story | 1990 |
| 13. | **Aboki Manglan** | Play | 1990 |
| 14. | **Mamado Leisabido Angaobido *** | Play | 1990 |
| 15. | **Kabok Oikhrabi Kaboklei** | Play | 1990 |
| 16. | **Mahalaxmi-gi Khupai-sel** | Play | 1990 |
| 17. | **Haoyiko Heikha Haoyiko Heiyel *** | Play | 1990 |
| 18. | **Nura Yaithing Konu** | Folk story | 1991 |
| 19. | **Helloi Helloi Mi-Helloi** | Poetry (Satirical) | 1991 |
| 20. | **Ikrisat-ki Kulli Nupi** | Travelogue | 1991 |
| 21. | **Khuman Khamba** | Folk Story | 1992 |
| 22. | **Torbung-gi Tera Pambida Satpa Meibul** | Travelogue | 1993 |
| 23. | **Toknga Makhum Hangba** | Comic | 1994 |
| 24. | **Kanglaba Sanarei Mayom** | Novel | 1995 |
| 25. | **Iben Mayo-gi Lei-pareng** | Travelogue | 1996 |
| 26. | **Toknga Charong** | Comic | 1996 |
| 27. | **Ei Nahoi Changaroiye** | Play | 1996 |
| 28. | **Hayen Charong Achumba** | Play | 1996 |
| 29. | **Mukta Pareng** | Story | 1996 |
| 30. | **Iche Thoibi amsung Atei Warising** | Short story | 1997 |
| 31. | **Antony Dolaipaba** | Play | 1998 |
| 32. | **Khunaisigi Thok Lila** | Short story (Satirical) | 1998 |
| 33. | **Singel Leirang** | Poetry | 1998 |
| 34. | **Ingkhol Machet Amatang-gi** | Short story | 1999 |
| 35. | **Nawa Sindam Seihou** | Childrens (Rhyme | 2000 |
| 36. | **Hantre Hunpham Manipur** | Travelogue | 2001 |

* Out of print